| | | | |
|---|---|---|---|
| পে পাল্মুদে | গোপাল্দাম | ১৩ | ১৪ |
| মকৌতবু | মবৌতবু | ১৪ | ৫ |
| গোল্লবী | লোলবী | ১৫ | ২০ |
| মানবীবু | থানবীবু | ১৬ | ৫ |
| হোঁথরে | হোঁথরে | ১৬ | ১৪ |
| হেৎভিনজরে | হেৎজিনজরে | ১৭ | ৩ |
| দৈবি | দৈখিদে | ১৯ | ১ |
| কারবী | কাঁমবী | ২১ | ১৬ |
| হাইদ সনমা | হাইদসিনমা | ২১ | ১৭ |
| ই-রানমা | ই-লানমা | ২২ | ১৫ |
| হাইমা | হাইহুমা | ২২ | ১৭ |
| সনাহমসিবু | সনাহমসিবু | ২২ | ১৯ |
| চংবেং | চংবে | ২৩ | ৬ |
| পেনবিবে | থোনবিবে | ২৪ | ৬ |
| হাইহুমা | হাইহুমা | ২৪ | ২০ |
| চৌ ও | চৌংও | ২৫ | ২ |
| মীপুননমা | মীপুননমা | ২৫ | ১৪ |
| বাথে ক | বাথৌক | ২৫ | ১৭ |
| নি থেম | নিংথেম | ২৬ | ৪ |
| দৈপ ক | দৈপাক | ২৮ | ২১ |
| হুপানা | হুপনা | ২৮ | ২১ |
| লকাতুনা | লাকতুনা | ২৮ | ২১ |
| থনবমা | থনবমা | ২৯ | ১৫ |



| | | | |
|---|---|---|---|
| শ্রীরামচন্দ্রগ্না | শ্রীরামচন্দ্রমদা | ৮৭ | ১৫ |
| খাংওচদনা | খাংওখদনা | ৫০ | ১০ |
| ভ কপিরে | থোকুপিরে | ৫০ | ১১ |
| খুংদকমদি | [illegible] | ৫০ | ১২ |
| মংতরে | মংতেরে | ৫০ | ১২ |
| পাংঙল | পাংগল | ৫১ | ১২ |
| কাংরুম | কাংদরুম | ৫১ | ১৬ |
| কুমৈম | কুমবৈমবু | ৫১ | ১৯ |
| খতনা | থক থা | ৫২ | ৪ |
| সজ্বাইদি | সমসাইদি | ৫৩ | ৪ |
| থীদনা | থীদনা | ৫৩ | [illegible] |
| চলকলে | চংলকলে | ৫৩ | ৫ |
| কমামা | কমামা | ৫৩ | ১৩ |
| মবোং মবোং | মবোল মবোল | ৫৪ | ১ |
| লোইলা | লোইনা | ৫৯ | ৬ |
| চীথক | চীংথকতা | ৬০ | ১১ |
| কুমমদা | কুমজদা | ৬৩ | ১ |
| অরমতাসাইনা | অমনতাসাইনা | ৬৪ | ২০ |
| অর্নো | তমনা | ৬৪ | ২১ |
| হংখি | হংবি | ৬৫ | ১ |
| হাওবম | হাওবা | ৭০ | ৫ |
| হাইদচন্না | হাইদবনা | ৭১ | ১৩ |

# সেম্বী মুকাক্‌তৈ

ইমু খে,ইমুম লাইনিংথৌ কান্নৌ লাইমা খোমনা পোইরৈ মালেম লৈপাক শমথা কংলৈ নিংথৌ লাইনিংথৌগী থেংপালবগী মপুঙ নংবু হননা ননা থুরুমজগে। হৈনা মাইনা ভাংনা শংবা মীতৈ নিংথৌ ইনিংঙৌ পামহৈবা মহাক থকুকী লৈপাক ইসৌ লাংখিবা লিকথুল লিকলমতবু মীতৈ ইমু ইমামবা থুবাই কেকুগী খোইমা থুমখোইববু অমতা কাইদনা লাথুপ ওইনা চন-সিনজরমজগ॥ অং: কললকইদি সে ননবা মীতৈ মাইচৌ সিদবা ইমু ইবুংঙো খোংনাংথাবনা লিকথুল তাকপিবা থচিকতংতবু হাইজরককে। চৌংঙু ইংঙো মায়চৌসিংনা সৈসকনরমবা "পাওনম হিদেন মপান্দা কৈঙা হিতং মসুমাংদা তরেং সেনপুং রৈবদি মাং-লেন পুংজাও ফুবদি সনা লিকলই মরুগী ভুবী মরু থাবদি হৌদেদো সেমবী মুকাকতৈ মরুমা থাবদি হৌক্লেদো মায়মসিবু থংনসি নিংথেম-ও"॥ কোকোই দিংলেন লোমচংনবা ভুবী নিংথেম-পামহৈবগা খোংলোইনবা চৌংঙু ইমামবা মোইমাং লাজহামববু অকাও চরৈ হুকতা চৌংঙু মসাইওন খোংনাংথাবা মমাথংবু থচিকতা ইসিনংগে হাইদবমা॥ চৌংঙু খোংনাং হুমচংনবা ইমু মাগী পাওতাকপু লাথুপ চননা হৈগে তাহিবগনো॥ পাম-হৈবা মহাকথক লৈপাক ইসৌ লাংখিবা মরম খিখিক অসিবু লাথুপ চননা হৈরগে ॥ X ॥

## লেখা মুকাহৈ

মহাক্নোং খোংনাং মমামবা পামহৈবা হাকথকতা থোক খিবা লৈপাক মাথোক ওইখিবা মরমতবু হাইজগে। মীদিংঙু ভুবী পাইখোমবনা অহুতৈ মমাম হৌথুন নাক্নৈ ভুবী নিংথৌ মশাবুং মীদিংঙু খুনজাওবগী সম. কোকজেম লৌক্রুংঙৈ লৈপাক ইগৌ লাংলেয়ে। ভুবী চয়াইরোংবা মপুন্নসি লিতাংসিংনা হাইওমেয়ে হাইদবমা। কোইরৌ অতান চাইরিংৈ মীতৈ কংলৈ-পাক ইনিংথৌ ভুবী চয়াইরোংবা মতিক মঙন করমনি॥ লা-ইগী নোংদমখোল তারকনৈ ভুবী লাইরেল লমখোকপনে। চোথে চীংমাই মনিলমাই চোথে খুললাকপা মনিংতম হাইনা হমনা প্যালনকলে নিংথৌ মারুম সামু মারুম কীদবনা খুললাকপা লোই-পোং থৌওইদরে॥ লোইপোং থোমগে থন মালং থমগোন কমনা লৈমৌ লৈরেল থোকনা চয়াইরোংবা চোথে লম পাংলকলে॥

চোথে চীংমাই মাইথুংলবদা খুললাকপা মীতৈ নিংথৌগা মাইওকনথরে॥ থৌগল লোনচং কাইমরকপদগী তাইশিনবা ম্যাদগুনা হাকথেংনবা লালনোংবু কোইরৌ মুংমং হমনি চুপ্পা লোকনরে। হমনি সুবগী সুমিংতা কোইরোহনবমা লেম লেম মাইবকনৈ চোথে খুললাকপা মপুংফামা মাইথিরে॥ থমাই মাবু পামমুন: লোইপোং পীভরগে থল থোংলোই থংগা মোনজরে॥ চোথে কেমদে মপুংম্যাইদা মাইতোম হাইনা শাংলিবী চাইবী কৌবী ইবেম্মা পনথৌ মাংদা লেপকরে, মহা ওইবীগী সরুকতা থোইনা হেনগা মীথোইবিবী ইবেম্মাস চয়াইরোংবগী পানাইদবা লামবাচুম সকমরে হাইদবমা॥ ভুবী চয়াইরোংবা

মুজা মাপু নৎতনা কনাবুম্ব উখিদরে ॥ পোইবৈত বু উরবদা চোথে খুললাকপসি থিৎসনা থমথালদা তম্বং লাইজা ইয়া হেনা মথকতা মচেম শাংতরবী মথ.দা অমা কোইদয়বী মপোনবু খুদাং চংশাক চোইনা মীটৈ সিংগোবা থরই থকতা লৈহাপ-পণ্ড কৎচখরে ॥ চীংঙ্‌ খোজাম অকনবা অমুম খোককনি থমদেদো ॥ নিংথৌ মনাই অচানবা সাপপা ছইতু চাওবনা খোংলোইতবু ওইজরে ॥

মীদিংঙ্‌ চয়াইরোংবনা মসানৌ চাইবীগা খোংলোই ওইনা কণ্ডবসিংগা লোইনম্নুনা কংলাতমনা হললকলে ॥ লৈপা-ককী কোলোই ময়াথংনা চাইবী মুজাসি চয়াইরোংবগী লৈমা ওই লমলেল লমমুংসি কংলাতোমবী মকমদা মেলকমবু ওইনখি ॥ অমু নোংপগী লমলেল কংলাতোমবীও কৌয়ে হাইদবমা ॥ নিং-থৌ লিকলাং তৎকবোই মীতৈ লৈমা ওইনবাই কনা লাইপক-চাওবী মীতৈ চমুবু চয়াইরোংবগা মুয়োংনমবা লৈপাক চংনা হোংনববু অয়েমবা তায়ে ॥ চোংথে খোথুম লোইনয়োই চাইবী মাবু চেৎচয়ে হাইদবয়া মমুম মতোমদে ।X॥

লৈপাককী থিৎয়েং মিংথৌনা থাংওমথে ॥ লালদা সাথা কায়কপদি নাইকানি লেপখিবনা লাইপক কনা থিয়বী চাইবীবু মোংপোক ইথখোলদা মতম থয়া ইমথোককুনা থমবীয়ে ॥ নিং থৌগী থৌনদি চনখিবনা চাইবী মসাইকোন তোইয়পয়ে । অঙক-পগী থৌনৌনি মহ চাউবা ময়াংগী মুচিংবা শ্রীগুরু বিনমু গোস্বামী অথোইবনা মীতৈ কংলৈদবু হাইখুংলয়ে । ময়াং

মহুচ উৎবু ইয়ু খুরাই কেককুনা খো কম অমত্তবু হেনজিনহনখিদে ॥ অত্তবু কনানা থংগনি ॥ হে চৌংঙু, নোংদমখোল শ্রীবাসনু গোস্বামী পনবা ত্তৌদনা চংজকম খিরখি ॥ মক হু নঙা কৈরে থংদুনা মৌত্তিক মাকো লৈজদুরবা লৈপাকনা থমবলজাবী চাহবী মসাইকোনদা লোনবা থুপনা মরাংনা চংজখি ॥ চাই-বীবু লৈপাকনা লানথোং থিংবীবা নংত্তে নাইফা ওংরুমহনা অমুম থোকখিবনি ॥ চর ইরোংবা নিংথৌনা নাইকা নংতে হায়-খিদবা অরানববু থোকপনি ॥ X ॥

খুমন লৈকোয়পুংদগী লাকখিবা সাপপা ছুইতু চাউবদি মখোম পেংকত্তা মখোমপা চাইবীবু মখোম ওইনচৈ মালেম লপতৈব হাইখরে ॥ নহালনোং কংলামেনগী মিহুন ত্তমনাত্তায় সাপপা চাউবদি চায়বী মাবু পোকপনি খন মখোম সকনা থাজখিবা মত্তাংদা মাত্তেগী পুথুনহোং সলাই য়ুমহোংনখিবনি ॥ মখোম পোকলে হরাওজবা করাবু কুইনচাইনো ॥ কংলৈ সনা মপুংয়োনদা লায়মেল মৌত্তিংঙুনা তাহৈদবা পাওতবু সনা-নাকত্তা থুংলরে ॥ নিংথৌ পোকপা ত্তায়খোংঙমবীবু কৌজুনা কপনরকলে ॥ ত্তায়খোংঙমবীগী মপারি মৌত্তিংঙু চর ই-রোংবদি অরাবা রাখল থাংলরে ॥ মরাংগী মুহু চাওবনা হাওবম মেললু থগী নো সনবা চাইবী লাকত্তা চঙজি ॥ নিংথৌ মাংহৈন কইচিনম্না সেললুবনা মরাংবু চাইবী লোনদা পুসনি ॥ X ॥

শ্রীবাসদু গোস্বামি গুরুনা নিংথৌগী ম্রাথং শাদুনা চাইবী নাকত্তা চংদুনা মন্তম কয়াম্না লোননা থুপনা লৈজখি ॥ নিংথৌগী লৎনমিৎয়েং ফংলিবী লাইপক খিবী চাইথাবু সেললুংবগী ময়াথংদা বাসদু গোস্বামীনা থিৎচি হাইমংনহললে হাইদবরা ॥ সনা ফমজাও কাদুনা থৌরাই পিনা থোপললে ॥ পাওখি পাওনিলথোল অসি নিংথৌ সনা নাকোং য়াইথুংরে ॥ নিংথৌ ওমবা অওমবা থুরাই কেককুবু কৌদুনা লোননা চৌকনা য়া তাননখরে। থুরাই কেককুনা হাইরে "হে নিংথৌ হাইবদি য়াদবা অকিবা য়াবু চংলে ॥ নিংথৌ নংগী সনা ফমজাওবা মসক ওনথোকপা মীওইবা য়াহিপলে" হাইনা তাকলবদা মীয়াম চওনা ফাদুনা অহকপা চৈরাক পিখি ॥ কেককু য়াখুল অচেৎপবু উদুনা নিংথৌনা য়াংং ওমরে ॥ "ইপুনা য়াখুল অচেৎপবু তাকপীরে ॥ নিংথৌ ইগী ইপুকনিংদা লৈজবা খিপিক লোইনা হাইরো" হায়রবগী কেককুনা হাইরে ॥ "হে নিংথৌও লাইনিংথৌগী তাও'জং সকনাইবা অহুমথক লৈরে ॥ হৈ অমমা নমাই মুপীদা পীগে হাইনা থললি ॥ হৈ অমমা নমাই হাওবম সেললুংবদা পাগে হাইনা থললি ॥ হৈ অমমা থুরাই কেককুনা পীজগে থললগে" হায়ববু চুমলে হ ইৎরবদা কেককুগী মতিক মোইনিংহদুনা মমুৎমু য়াংং তৌবরে ॥ নিংথৌনা লোননা পাইরিবা চেংকুক মতাল অনিমক মতাং য়াওনা লৈববু লেইনা হৎথোকলে ॥ চেংকুকপী মতাং অমমা তীল অমা লৈরিবা অহু ফ উবা চে হনা হাইদোকলবদা চুমলে হাইদুনা থাগৎনরে ॥

থৌগল তৌজেমমীবা হৌবম সেললুংবনা নোংমগী কোয়ৌদা অঙাংগী পিকখুন থঙজখি॥ চাইবীগা সেললুংবগা খংদোকনদুনা সেললুংবগী মযোম চহু মুমিৎলৈমাবু লোননা পীনরে। হৌবা লোইসংগী হনজবা মকোক ওইরিবা সেললু'বসিম্ব হৌবা লোইসং পাননবদগী হৌবম মুমনাক মতুং ইনখরে হাইদবরা। লৈপাকনা হৌমচানি ঙাংনবসিদা তুবী নিংথৌ চরাইরোংবসি মুংঙাইফম থংখিদরে। অঙোম চহুগী থৌইনসিননা চাইবীবু সনা কোনমুংদা থজিক লাপথোকহনবিরে। চাইবী পূকনিং মুংশি মৈওমদুনা হৌবম সেললুংবগা লোননা লোননা য়া তাননরে। নোংমা অহিংনা ঙাংনৌ অথেংবদা হৌবম সেললুংবগা চাইবীগনা পামহৈববু তাননা সংলেনদা য়ারম অচেৎপবু তাননখ্রে। পামহৈববু চরা-ইরোংবনা পোকতে হাইববু থংহললবদা কংলৈগী নিংথৌ ওই-হললোইদৌবগী মরমদা ইনসিনবীরে। লৈপাকনা হৌমচানি ঙাংনবনা কংলৈ নিংথৌ ওইবা য়ারোইদৌরি নিংথৌ সেমদবা য়াদে হাইনা লোননা থংহললে॥ হৌবম সেললুংবা মমাকপু নিংথৌ ওইহনগে খনবতনা মথৌ ওইরে। চাইবীগা তাননরে। পামহৈবা মাবু চরাইরোংবা নিংথৌদা য়েকনা তেমসিংনহললে॥ অফোংলমদদি ওইররোই থনজুনা অরোনবা লমবী খননরকলে। লাইগী নোংদমখোলনা তমলকপবু কনানা থৈরুগনি। চাইবী সেললুংবা পামহৈবা পূনথরে।

মমাং ইনা মপাল থাখিবা পামহৈবা অঙকপা থৌরাংবু তৌগদৌরি ॥ নোংমগী অহিং তাংলৌ অথেংবদা নিংথৌনা ভুমখুম হুললিদৈঙদা পামহৈবনা মখুৎতা থাংলেন পাইদুনা থজিন ভমনা থিলহৎলে। মকু ইবুংঙো হৌবম সেললুংবম্ব সনা সংগাই সুংদা তা-পাংলরে হাইদবরা॥ ভুবী চন্নাইরোংবা নিংথৌদি মমাং কৌবা সুমিৎ হুমনিগী কোরৌমদা তাকনাখাদা থমজেৎ চাবা চৎলুবনি। তাকনাখাগী ইরেল ইপাক ঈম্নাইদা নারেং ইপোম সাংগুমলকপদা থ'হৌদনা চন্নাইরোংবানা ভেনদা কাপসিনখি। ভেনবা থাবদা লাইজা ইরোমসুংদা অকিবা থোনথোককা লোই-নবা ভংলদুনা চিকমাংনখি।। ইয়ু খুরাই কেককুনা থোদৌ অদু য়েংবদা তাকপিখি।। ইপুথৌ পাখংবনী পাফল সাথোকক্মদা ইথোইনা চংলুবনা তৌবনি।। হৌজিকতি নপুথৌ সাহুম ফংল-বনিনা নিংথৌ পুনসি মরেং মরেং তারগনিরে'। সমদম লমলেল অসিবু লমসুংসি তাকনাখা পুলুক সৌবীও তৌনা কোয়ে হায়দবরা।

থোদৌ অদুবু তিমকোক লাইকোকমনবা খুরাই কেককু মাইচৌনা ইরাং থোবু তৌখীরে।। ভসিদগী কোইরৌ সিংবুম অহুমনি লাংনিংথৌ সনামহি মকাইকম য়ুমলেল চিথেকতা লেংদনা থৌনিবিয়ো ক'মনা তাকপিরবদা নিংথৌদি কোইরৌ সুমিৎ মসক উদবা সুমিৎ নিনি সুজিনথরবনি।। হুমনিগী অহিং মবৈদা হৌবম সেললুংবনা পামহৈবগনা লৌতুনদুনা নিংথৌবু হাৎপিরে।। নৈপাক মীরামদনা নিংথৌদি লাইনিংথৌ সনামহি

থৌনিরি হাইনা থংহললে। অতুবু কনানা থংগনি লাইগী নোং-দমনদি পললকওরি॥ তুম্মক হৌখুননা লানদাম্বকতুনা সনা-কোনম্নুংগী নোংচুপ সনাখোং পাইসিনখরে॥ কোইরৌ মুমিং হুমনিগী পুংকম থরতা মঙাইহুরকলবদা সনাকোনম্নুংগী ম্যাংলগ্যদবা অদু উৱকলদুনা লাইনিংকমদগী চয়াইরোংবা নিংথৌদু থোরকতুনা তুম্মককী লানতাববু চাইনরে॥ তুম্মককী লালচিংবা ফাদুনা হাংলে লাল ওমলে॥ পুংকম রাংনা থোরকপদি করম থোক-লগবা হাইদুনা তুবী মনিংথৌ চয়াইরোংবা সনা কোনম্নুংনা হন-জিনদুনা নৈখি হাইদবরা॥ অম্মুম থননা হিপথখিবদগী খোমলেন মিকপ থোকওমদনা তাইবং চেংজেল লোমহনখিবনি। তুম্মককী থারম পনথোং য়োবদা তুবী চয়াইরোংবা অবাবা হংচোক লাংখিডৈ সনা কোনম্নুংদা মোংবা চংখি হাইববু হৌবম সেলমুং-বনা ওইওমলে।

চয়াইরোংবা নিংথৌনা সিরমদাইমকতদা হৌবম সেললুংববু নিংথৌ হাংপরা হাইনা হংবদা পামহৈবা মথুংতা থাংলেন ইতৈননা নৈরমববু উৱকলে॥ পামহৈববু কৌসিনদুনা নিংথৌ মম্বাথং পিবীখি॥ হয়েং তুংলমচংকী মতমদা নিংথৌ ইনা ওইখিব-গুমনা থোককনি হাইনা পামহৈবদা তাকপিরে॥ চয়াইরোংবা সিখরদুনা পামহৈবনা কংনৈপাককী নিংথৌ ওইরে॥ চয়াই-রোংবনা নৈপাকতা সেংদোকপা রাংহৌবনা নৈপাকনা পামহৈ-ববু হৌমচা হাইনবা হেললকলে॥ থংদবনা হাইবনি পামহৈবদি

কৌমচা নংতে ॥ মাবু পোকপা পমখোদি গুরু বীসমু গো- সামিবু কৌবনি ॥ পামহৈবমা মিংথো ওইরে তাবদা ময়াংগী মথৈ পৈররে ॥ মিংথো চরাইরোংবা সনা হকচাং ইরে হাই- জিমঠুনা কোনমুংদা কনা খংহনদনা থমলুববু মালং ইচিক লাংগে হাইরে তুমুক লমবী লমখিনগে হাইরে হাইজিনঠুনা মথা হোবা য়াগী দোলাইথকতা ফিডৌনা কুপনা পুথোরকলে। চমং হাপলে পুং-সেন থৈরে। চরাইরোংববু পুঠুনা খুরাইরমপন লাললকলে॥ খুরাইরমপন খোং লাললমদাইদা মিংথোদি দো- লাইগী মথা থংবা অহোবদগী তারে ॥ করিনা তাবনো হাই- রবদি-নোং খোংঠুনা নোংমৈ সিংজং তাইরে তুবী মিংথৌবু থককী তেননা পাললে হাইনা সৈসকনরে । কৈখেল কাকিসিংনা হাইনা সকনবদি কনানমু থৌওইখিদে ॥ থককী তেননা থাবদি তুবী মহকচাংদা নংতেরে ॥ লমবুল খোংবাল ঙংনরাই পামেল উজাওবু থককী তেননা থাবনি ॥ য়োইবু য়োইহৈ কোনমুং খনবা পুমনমকনা য়ারমসিবু ফিবু মুংদা লোননা থুপনা থমনরে হাইদবরা। থককী তেননা পামঠুনা খুরাইরমপন লময়াই-সমগে হাইবদা তুবী য়াইবী থাবনে হাইজিনবীবমা লৈপাকনা ইসো লাংহোরে। অহু নোংগীবু খোরাই থানফম লমলেল ইসৌপুং-ও তোনা কৌরে।

ময়াং মচামক ওইরবা মিংথো পামহৈবনা হৌবম সেল- লুংবগী মচানুপীবু লৌঠুনা কংলৈদা পাদলে। পামহৈবনা

দিবাপন্তী অপাম্বীবু লৌদুনা সমজাইবু ফংজরে॥ সমজাই পোকপী মমাগা খানা নৈমা তরা লোনখিবা পামহৈবা কৌবা নিংথৌনি ॥ নৈমা তরাসিনা মচা ইবুংঙো তরানিপাল পোকখি ॥ পামহৈবনা পোকপা মচামখৈবু সাই হাইনা কাওর্বনি ॥ মীতৈ কংলৈ মপুংয়াইদা ইচা নংতনা ইচা সাই মীগী মচাবু মচা সাই হাইবগীবু সাই হাইজবসে খংবীও ॥ পামহৈবগী মচা সাই তরানিপাল অসিনী তরেৎতংদি কোলোই খিংচৎনখি হাইদবরা ॥ নিংথৌ পামহৈবসি শ্রীহংকী মহুচাওবা ময়াং বামোন সানতিদাসনা মচা সকনা কোনবিরি ॥ সিলোৎ মপুংয়াইদনী নৈকম খংদা চেললকপবু পোইরৈ মীতৈ কনৈপাকতা চংজফমবু ওইরে। শ্রী'বসন্ত গোসামিনা তাংনা খাজরমবা পামহৈবা ইপাল চাওরকলবদা নোংচুপলমগী মাবাং মখৈ ফুম মোমলরে ॥ গোস'ই স ইওন তসেংবা সানতিদাস খাকুরনা নারানদাস, গোপালদাস অখোইবগা পোংলোই ওইরকই হাইদবরা, মদুমু মদোমদে ॥

সিলোৎকী সানতিদাস গোসাই অসি পামহৈবা নিংথৌনা খোইনা চাননা তৌজখি ॥ ময়াং গোসাই অসিবু অহানবা উবমকতদা পামহৈবা নিংথৌসি গুংগাইবা মখৈ নৈখিদরে ॥ মারে মফম ফংলে হাইদুনা ময়াংগী মতাং তৌরকলে হাইদবরা ॥ পামহৈবু মতিক খাগৎপিদুনা নংত নংতবা খোরমবু তৌররে ॥ তৌরবা সিললবা খুদিংদা ময়াং ইপাল পামহৈবনা খোইনা

হেমনা ইনোং কাবরু থোকপনি ॥ মপা মত্তোল ওইনঙাই সানতিদাসপু লিসাং লিসাং থাৎবিয়ে ॥ মতম লৈরে খনদুনা মচু চাউবা ময়াংনা ওনথোকপা রাজবু নিংসিংবিরে। ওইদবা য়ানা পরেং সাত্রনা মীতৈ নিংথৌবু লমজিংবীগে খনবনা মতৌতবু ওইখ্রে ॥ ময়াংগী মচৎ উংলকলে ॥ সানতিদাস গোসাইনা নিংথৌ মতেং লৌরগে হাইনা অসেমবাবু তাকপিরে। "হে নিংথৌও পুকনিং চংশা তাবীয়া, নিংথৌ নংগী লৈপাক্কী অথোইবা লাই সনামহিনা ইবু কৌবোকখবনে ॥ লমবোইবা ইঙক পাইনা লাকচা খুঙ্গম চন্না সনামহি অথোইবনা পুবী-রকপনে ॥ লাই সনামহিনা পোকহৈর মীতৈ কংলৈপাকতা লমবোইবা ইসম লাকনা লুৱাই সমলাং কে ইদৎনা পুবীরকপনে," নৎতা য়ারোলবু সেমখরে॥ ইগী ইনোং সেংখিননা চুমনা হাইবা চুমদনা হাইবা থংবিদে অঙাউবনিতা মরোইজে ॥ "হে নিংথৌও নথোংগী লমদম অসিদি অরুবা লমদমনে" হাইজি-নদবরা, মতুংদু মদোমদে ।×॥

ময়াংনা মচু চাউবা সানতিদাস কৌবনা তরেৎপা লৈতনা হাইরকলি ॥ "হে নিংথৌ লৈপাক অসিগী ভিত্থোং লাইথোং কাননবা নিংথৌ নংগী কোনফুংদা লমবোইবা ইবু থমবিয়ো ॥ অদু তৌহনকলগা নিংথৌ নখাক্কলা নম্ভবা নুমিৎকুম মসোং চাউনা মথন ঙানগদবনে" । মহাক অতিক অরুববু নিংথৌ খজিক থংথিদে ॥ মীতৈ কংলৈ মপুংয়াইদা নিংথৌ নদোম

সুংঙাইয়ু লৈমা তরাগী মপু ওইয়ু ঙাকপিয়ে॥ অমুক থিনথবা তৌদনা মথং মথং নিংথৌ তুংইন তমলকলে॥ লৈমা তরা লোললবদা মচা ওইনা সাই তরাবু কংজয়ে॥ মতুং থিনবা তৌদনা সাই নিপালগবু পোকতুনা ঙমনমক্কা সাই ঙরাগা নিপ লমাবু পে'কচখি॥ মরাংনা মছু চাউবানা মীতৈ লোলচৎ অরিবা নিংথি গোইবা অসিবু কললক মীসো লাংবনা নিংথৌ কমজাওতবু সেননখি। ফমজাও যাহৈ অথুপাপা লাইরাক্তবু ওইনা মরাংগী ইপান পামহৈবদা তুংইন তমমুতবু লেপপা লৈতনা ইনসললি॥ করি লৈবা থংদনা পামহৈবা কৌবাদি নিংথৌনা লৈমা তরাসুনা লোনবনি। নংাললোং পাঙলম হিন্দের মপানদা জরেৎ সেনপুং যৈথিবদ্ হরেক সেংখি থংদুনা সানহিদাস অহনবা লৈতে। মনাই সেবক অথোইবা অনিবু খাদোকতুনা নিংথৌ কোনশী লৈমু সিংবু সুংসি অওৎ থাংনমবা মরমতু সিলহাথ ছাইদবরা।

নিংথৌনা যারে থঙতুনা গোসাইনা লাইরিককী লৌরম পাইসিনখরে। মীতৈ লাইরিক মখৈবু তুমনা মাংনবা হোৎনরে। মনাই অচানবা অনিশা লৈমাকোনবু লৈবনি। লৈমাকোনগী লৈমারেলাদ তুমননবু ওইখিবাব কোলোই মমিং থমবাননি। লৈসক লৈচু হেনবনা লৈমারেল ফমথোল ফমবৈনপি হায়দবরা॥ থম্বাল তুমন নিংথিবী লৈমা মাগী মথাদা মহাক গোলজবী মনাও মরিমাসু পামহৈবনা লোথিবনি। থম্বাল মাগী পাংগক্লৌ মেই-

য়াংথেন চনু ইবেমমা মসাৰী মানজা সেগাদগী সেংনা লৌখি হাইদুনা পাটথু লানথাবীবু কৌবনি ॥ চীংডাখম চনু ইবেমমা মথংলেন সেংনা ফিমাই ভুনা লৌখিবী লৈমা খুবীবু কৌবনি ॥ মাইবম চনুদি ইবেম্মা মথংলেনবু কৈথেল চিংনা হাৎখিবা পাংগা কৈথেল মানবীবু কৌবনি ॥ ঙাংবম চনু সকহেনবী চেংলৌ সকহেনবীবু মসাৰী কাইনা সেংহিবী ভুমন মাবু লৈমা, ময়ামবী হাইনা খংমবনি ॥ ভুমন লৈমন চিনবসে লৈপাক মথক মথা ওনবগা মাননবনি অসি য়াবু পামহৈবনা য়েংবা কৌবা লৈখিদে ॥ থোৱম থোদোক খুদিংমকতা সানতিদাসনা সিনজাববু মহৈ য়ানখি ॥ মফম মতম নাইদনা ময়াংগী মরুপ মথৈনা মথং মথং থুংলখি ॥ ব্রহ্মারাম অথোইবগা লমবোইবা লোকদাসনচিংনা ৰাথোন সিতারামস্থ থুংলৈয়ে হাইদবরা মদুস্থ মদোমদে। X ॥

কুমজা কুমসিং অয়ামবৰু হৌখরে ॥ ময়াংনা মত্তাং হৈবমা মীতৈগী লোলচং খংদোকলে লোইনমকতবু খংডরে । মীতৈগী মরোল খংলবগা মীতৈ মথক মথা য়েংলকলে ॥ নিংথৌ মাগী মকমদা ওইদা পরেং সাবিরে ॥ "হে নিংথৌও নংগী লৈবাককী অরিবা লমচৎপু হোংদোকতুনা ময়াং ইগী ধরমমাবু চৎলগদবনে ।" নিংথৌবু হানমা ময়াংগী ধরমমা লৌহনলে ॥ নিংথৌ মাগা লোইনবা লৈমা মথৈস্থ ময়াংগী লোলচৎপু লৌহনলে ॥ ময়াংগী মানাই অথোইবা গোপালদাস কৌবদা লাইমিংগী পথাপ লৌখি-

বনা গোপালসিং কোলোই হোংজরে ॥×॥

য়ারম অমবু হাইরককে ॥ মহালনোং লাইরেল মীদিংউ চরাইরোংবা মহাক থককী য়াদু হাইগে ॥ নিংথৌ মাগী মতমদা ময়াং মচা খিবিকনা লাকপবু অরেমবা ওইখিদে হাইননবা লমলেন য়ংগোই মকাইকমগী লৈসাংথোং হিদেন মরুপ্ত লাইনিংথৌ সনামহিগী কোলোই মিংলেনবু চেংজিনজরে। লমলেল লমদম অসিদা ফুরা লাইসংবু সেমজুনা খুবমতবু য়াম্বিবা তাইবং থাইবা লাইফমবু হুমনা হননা সেমগৎলে। লাইনী খুবম অচেৎপবু তাইবং কনা চিংথদনা খুরুম লৈপূন ফংনখি। খুবম মক্ষমদা খুরাংয়েৎ মমথাং থমজুনা তাইবং মপু সিদবা লাইনিংথৌ সনামহিবু হৈরাং লৈপুনথেল লৈরাং লৈসক থেমজুনা খুরুমমরে। অঙুম খুরুম লাইকম চৎলবদা নিংথৌ লিকলাং তোংতংলবনা মীরো থারোবু থোকখি। নিংথৌ চরাইরোংবগী সিরমদাইদা হৌবম অহন সেললুংমগা চক্রপানিমচিংমা কৌভুমজুনা লাইরা হাইবা কোনা মীতমসিলদে হাইদবরা। লাইনিংথৌ সকক্ষম সেমখিবা লৈপাক য়াথোক চাওবনি। গোপালসিংহ নিংথৌবু ময়াং ধরমনা পিবনা মীতৈগী অকাইববু ওইররে। অদু নোংগীবু হৌবম য়াকাইও তোন কৌরে।

পাম্বৈবা নিংথৌসি গোপালসিংহ কোলোই মিং লৌরুড়ৈ লৈপাককী লৈখিনগাইবু ওইররে। ময়াং মপৈ লাকপবু মীয়োক মীচান কৈ হাইদুনা লাইরা অতোনতাববু নাওয়োক নাওকোন-

বীরে হাইদুনা মিংথৌ কোলোই হোংবীরে। নিংথৌ মাগী কোলোইবু গরিবনিয়াজ হাইনা থংনখি। ময়াংনা মনিং তমনা থেমজববু য়াদবা কৌবা লৈখিদে. অদু মোংগীবু নিংথেমও তৌনা কৌয়ে হাইদবরা: নিংথেম কোলোই সৈসকনবদি পামহৈবা মসুং লাংগীনে থংবীও। নিংথেম পামহৈবা ময়াংগী গুরু অথোইবা সানতিদাস গোসাইদা লাইমিং দিবা ফংজরে। কোনমুংগী লৈমারেল পুমনমকসু ময়াংগী লাইমিং লোইনা লৌথরে। হৌবম অহন সেললুংবদি খুবাইগী মচিন থংনবু লাইমিং অসি লৌজরে হাইবগী হৌবম মকোকপু কৌজখি। নিংথেম পামহৈবগী মকু অথোইববু এইখিবনা নিংথেম সংগাইলুংদা অচিকপা ফমবু পাইজখি। অরোনবা অচেৎপা সায়ম লালনমদা মহাকপা কোননা লৈবা ডাকতনি হাইবগীবু হৌবম সগোল মকোক-ও তৌনা কৌরে।

হৌবম সগোল মকোকনা ময়াংগী লাইমিং হাননা লৌবসি পামহৈবগী লৈবা দিবাপতি অপামবীনা য়াবা কৌবা লৈখিদে। নিংথেমকনা তৌরিবা ময়াং চৈথেং অকনবা ওলাং ইসো লাংজখি। নিংথেমনা লৈমা অপামবীবু রাশক চৈথেং লাংবীরে। লৈপাক কনা চংহমদনা ইনথোকপবু ময়ং ফমাই অথোইবা গোপালদাস কৌবনা নিংথেমগী অখাবা মিংয়েংবু চৈঙাক পিবীরে কনা হমনা য়েংবীনবা লৈজরবদা পনথৌ মপা ইবুংঙো হৌবম সগোল মকোককী থৌইনসিননা গোপালদাসপু থারকপনি।

গোপালদাস কৌবা ময়াংনা অপাম্বীগী মকনদা হংগোইববু নৈখি। গুরু সানতিদাসনা থৌরম পাংথোকনবা মরমতবু সিনবীখি। হৌবম সগোল মকোককা গুরু সনাতিদাস অথোইবগী মাথংবু ফংলবদা গোপালদাস কৌবনা অকৌবা লমবী নৈখিদরে। দিবাপতি অপাম্বীগী অয়াবা মতেংবু সুমিৎ খুদিং পাংবীখরে। নিংথেমগী অথাবা মিৎয়েংবু করিস্থ ওইনা থনখিদে। নৈপাকনদি অপাম্বী অসি কোলোই মখিং পনবা ফাওবা পনবা চুমনদবু নিংথেম মিৎয়েং অথাববু গোপালদাসনদি নাচুংদে। অপাম্বীসু ময়াং মাবু সুংসিখরে। ×

ময়াংগী মতাং লৌনম চাউবনা অকৰা মরম থংখীদে। নৈপাককী মাংনমবা মরমতবু লঁবনা মথোইগী মথৌ ওইবনি। গোপালদাস অথোইবনা অপাম্বী মসাইকোনদা অঁচুং লোংথিল অনিমক্কা তোইনা থোংদারেরে। অড়কপা মঙংবু থোকলে।। নিংথেমনুবী সকহেনবী সকফমনদি কেমনমা কললক হৈসোদ লাংনৈদো।। সকফম সকয়াই কললকঙৈ নিংথেম সেংনা মৈ-চাকপু ফংলবনি।। পনথৌ মপা অপোকপা হৌবম সেপ্পুংবনা তাইসিনববু হোৎনবনি অয়েমববু তাখরে।। ওইদবদা থোকখরে।। গোপালদাস নহা ওইবনা অপাম্বী লোপল চংবদা সন। ফমকাউ কাবদা অপাম্বী মহাক সোললে।। নিংথেম নাকোং ঙ্গৌরে।। নিংথেম সেনবা অঙমবনা কারে।। মতিক মরাল সিয়ে সংলিং-বনা লোইসিনখি।। নিংথেম মতিক চাউবনা অপাম্বীবু হাৎকে

তৌববু গুরু সানত্তিদাসনা তৌহৈদে হায়বীরে ॥ গুরু পাউত ক তুংইননা অপামবীগী পিবুকমুংদা লৈরিবা থম্মুংগী তীলবু হিং-হনবদা লেপপীরে ॥×॥

অপামবীস্থ মকুম মথা সুম্মকলদুনা মচা মপা অম কংজরে ॥ নিংথেম্মনা নৌবা অতাং অহুবু অরামবা থিংথোল পীবীয়ে ॥ নিংথেম সুবীদা লাননম্ভুনা পোকই হায়বগী অরামবা মিংলেন পীবনে ॥ অরামবা মাগী সককময়েং লৈপাক কনাস্থ চংবীদনবু অপামবীনা পুন্সি চুপ্পা লেনখি ॥ অরান নিংথেম মহাক থক্তা তৌহৈদববু থোকলে । ইয়ু ইমামবসংগী মাথং থোইয়া নিংখি-ববু মথং সিংনা ইজগে । মতম থোংবাই অরেপপা ওইরক-লপা লৈপাক হুপনা নিংমম্ভুনো লেংদবা মখি সামম্ভুনো ॥×॥

ময়াংগী লিচৎ লৌরুবমা নিংথেম পাম্রৈহৈবসি নংত লমচৎ ওইররে ॥ নংত লমচৎ মাংওইনা নিংথেমনা লৈমা তরানাবু লোনখিবনি । লৈপাককী লোলচংপু থৌওইদনা ময়াং গুরু মরা তারগা মীতৈগী তুমম লুথাক মথেবু অপেনবা মরমদা লৌ-জখি ॥ মথং মথং লৌবদা সককেন মীথোইনবী ইরোম চাউবগী থাসিং থাবুম মডাবু থোইজি মিহুললবী থমবাল মাবু থোক-লরে । লৈপাক থাথোক ওইনরে ॥ থৌরম থৌরম খুদিংদা স্তদরা ময়াং থাওথবে । থৌরম খুদিং খুদিংদা ময়াংনা ইন-সিললি ॥ ময়াংগী ইপাল অসেংবা ইগী ইথোং সেংখিবনা মীতৈ অহনগী মা লৌখিদে । থাবুম মচা মীরোললে থংলবা ইরোম

লৈমা থমবালবু লৌনবতা সিললকলে ॥ × ॥

ইরোম লৈকাই সাৎলিবী থমবাল লৈথোং তমলকলে ॥ কোইলৌ সিংবুম তরেংনি চংনা নিংথৌ মনাই অয়াম্বা চংনা মথংলেন মানজা হাৎতুনা থমবালবু কোন্নুংদা পুথরে ॥ ইরোম সাগৈ কৌরুবদা সাগৈ পীবা অকুম সিরে। অরেমববু ওইরে। থমবালগী মবুংঙো চ উবদো মথৌ খোকপা তৌজরে। নিং-থেমগী গুরু মরুপ ওইরিবা নাতুরা কিশিসনাদাস বৈরাগীগী কারিকানচিংবা তমবা মীকোক মঙ্গালবু থাংলেনগী মরাদা চং-হললে। লাংবল থাগী লংমাইচিং নিনি পানবদ ইরোম চাউংবু লাংগোই সামুখকতগী হুমান লানমা তৌদুনা ত হুন তমনা হাৎতোকলে। ইরোম চাউবা সিরবদা ইরোম কনা চেক লাউ-দরে। নিংথেম পামৈবনা মরাং গুরুগা চীলোকনা খোইরুম লোখোন তৌজরে। তরানি পানমা নিংথৌকাবদ ইরোম তুংনা মীয়ামনবু মসানা য়াবা লৈতনা নমনা লৈমাবেল ফমবান কাহললে। ওনথোকপগী মতৌনি থমবাল মাবু লৈমা কমানা সাওরং কায়বী মৈছুনবাদে। থমবাল পুকনিং কাজিনবীমু সোই-নাইদ য়াংনবীনু খাইনা লৈমা থিবিকনা হাইদ সননা হাইদবর । ×

কৌময় অহন্দ সাংগোম মকোকতি মথোম দিবাবতী অপাম-বীবু নিংথেমনা লংনা সমন্দ থাংগিবু লমম খুমলগে সিংলিদো। তুমন খোসিং চললবী লাকয়েল ফিয়াজল বীসংবু লোনা লমবা লিনবীথি। ময়াংগী গুরু অখোইবগী ফংতহা পাউতাক লোনা

নিংথেম মনিংথেমবু অকায় লমদা লমজিংলি। হে নিংথেম-ও গুরু খিবিকনা য়ারি হায়দুনা ইনসিনববু হোৎনরি অকাইবা লৈতে তাকপিরি। X

থমবাল লাইপক থিবীনা লৈময়রেল কমবাল কাদুনা সনা কমজাও কাহুনস্থ কোইরৌমাতা লোকচদে। অমাবা ফিরুকথুম পিবুকমুংগী অঙাংবু থনচুনতা লৈরকপনা লোইদাম থাসিং সুরদুনা পারিমাবু কংজরে। লৈমরেলগী মচা অহনবি হাইবদগী সনাহন হাইনা কোলোই মিংথোলবিরে। ইরোম ইসেংনা তোরৈ চুমনা চেললকপনা সনাহল অসে ইরোম সকফম কাইরকতরে। নোংমা নোংমা হৌখিচুনা চাউরা গাংগোল কারকলে। মথৈ কংলৈ মপুংয়োনদা পাললিবা নিংথেম পামৃহৈবনা থোইনা হেননা চানবীখরে। মতম খোংরাই অসিদা থমবালদা নৎতনা অতৈ তুমনসিংনস্থ মপারি মথং মথং পোকচখি। সানাহল অসিনা ইরোমগী কৈপালবু ওইনা নিংথেম কোনদা সাংলখি হাইদুনা কোলোই মিংথোল তোপনবু সৈসকনখি। ই-রাননা পোকই হাইবগী সানাহল মোরামবা অঙ্গনবু সোননখি। পামহৈবা নিংথেমনা মচা নৎতনা মচা সাই হাইনা সনাহল সাই হাইনস্থ থংনখি। মানবা মসেল ওইদুনা সাইলকতবু তিনজখি। মমাংনা মতাং চ উবনা মীতৈ মিংলেন নিংথিবা সনাহমাসিবু মুৎথৎতুনা চীৎসাই হাইনা থোনবিখি সনাহল মোরামবনা চ.উরকলগা থমবালগী অঙ্গাববু থোইনা হেললকখি। হৌখিবা থোদোক

কয়াবু নিংসিং নিংসিং বায়কলে। নৈপাকনা অনি তিললে ভাংনরে অহুম তিললে ভাংনরকলে। সমাবদ সাই মালেম থকতা লপত্তৈরে হাইরকলে।×।

কাইরেল থাপ্পী ২১ নি পামবা ইরাই সুমিৎতা তুবী নিং-থৌ চরাইরোংবদী নুপুন থোনববু থৌওইদনা অরা লালজুমবা চংয়েং। হৌবা অহললুপ লাকপনে লৌকয়াকপা হাজারিনে সরোকখাইবা কৈরুংবনে ভাংবীয়া কৈরুংবনচিংনা লালচৎপবু লাল ওমরে। হৌবা অহল মেললুংবগী মনাই অচানবা সুদরা মচা নোংসাবৈনা মপু সোকনা থৌগনজবনা মনা মথুমবু কং-জখি। নৈপাক নিংথৌ তিললবদা মনা মথুমগী মসক লৌ কোনমুংগী লাইরিক সংজেনদা লাইরিক ইবগী কমমাবু কংজ-য়ে। লাইরিক ইবা লোইসংদা ইবা-য়েংবগী থৌবু তৌই হাইদুনা লাইরিকয়েংবা হাইনবু নৈপাকনা থংনখি। লাইরিক য়েংবা নোংস নৈ অঙকপবু ওইখি। নমদেল নৈসাংখোংদা সনাবহি খুবম থমশিবা অঙুবু মুরতি সকফম নাইহললে। অনৌবা চরৈ হোংবীরে। থোংনাং বৈসনব নিংথৌ পরিবমিয়াজনা সেনজাবা অমুদোনবু মনা মথুম পিবীরে। নিংথেম পামহৈবসি মাংলমচৎতা তৌনরকতবা অকবা কংতবা শিবিকপু মালং নৈবী নৈরাইনা মথৌ পাংথোকপা ওমদী হাইবগী লোংপোক বাইরং পামহৈবা-ও তৌনা কৌয়ে হায়দবরা।×।

নিংথেম পামহৈবগী কোলোই নিংচৎনবী ইরোম তুমল

থমবালসে ফমবাল মিহুল তমবদা পোমতী হাইনবু কৌবনি। থমবাল সনা কোমনুংদা পোমবী চেকলানা তৌবগুম লৈরকপনা মপারি অতোনববু ফংজরে। অতোনবা মচানি থংনমবা তোলেন তোমববু কোলোইবীরে। ময়াংনা মহু চাওবনা কোলোই মিংলেন অথোইবা সনা তোলেন তোমববু সাত্তরুথম সাই হাইনা মমিং থে নখিরে। মপারি অনিনা চাওরকপসিদা করম থেকলগনা ফাইদুনা থমবালনা নোংমগী নুমিৎমাবু পোথারকতরে। অরাবা সকক্ষম পুরিবী সনাহল পোকপী থমবালনা মপারি অনিবু য়েংলগা অরা সকলোন থাংলকলে। অছাং অনিনা চাউরকতুনা পলেম অপোকপী মকমনা মুংঙাই বারী সাজববু লোংমতা হয়াও নিংলোক উৎতবা মিৎলু পিরাং তৈনয়ে। থমবালনা মাগী অনিগী মপারিদা রারম থজিক কাংথুমদা থাংখরে।

অস্তুম চৈরক অসদা ময়াং গুরু অথোইবা গুনথোকপপু তৌরকলে। "হে নিংথৌ অথোইবা নিংথৌ নংগী লৈপাক পুমবা য়াম্মানদি ধর্মা অথোইববু লৌরললসি। অরিবা লিচৎ হোংহনবুনা অনৌবা ধর্মবু চেৎকরসি।" হাইনা তাকপিরে। ময়াংনা ফয়রকপদা ইন্দ্রনতা লাকলিবা পামহৈবনা সংগাল পাও চেনহললে। মীকা মীপুন তৌদুনা অকনবা চৈরাক পিদুনা মী-য়ামবু অনৌবা ধর্মা লৌহললে। মোইরাং লাংহাইবা কৌবদি অহনবু ধর্মা লৌদে হাইদুনা কৈদাম্পুংদা পুথোকতুনা থৌরি য়ানন হাৎনবা খোৎনববু হাৎহমদে। লৈপাক শিংতৌ কৌনা

মোইরাং লালহামবাদি খোইযুম মসাইওন চৌংউ খোংনাংথাববু সোনছুনা করিম্সু নাচুংদনা লৈখি। চৌ উ মাপী লাংওন মমাংদা মচা মনাও কয়াবু পাওতাক পাউমেন তো'বীবা খোংনাংথাবা অহনদি চৌংউ খোইযুম সারোইনা পুংজা পুংজা লৈবনে। মীতৈ মচাসিংনা মসানা য়াদবা থরমাদি থক নমজুনা পিকরোই হাইনা লৈপাক মীয়ামদা লাউথোকলগা খোংনাংথাবা অহনবা মচাশিংবু থংহনলে।×।

নোংমা কৌবা মনোংম্মাই নিংথৌ চৈরাক অকনববু থাহনা লৈপাক পুম্বা লিলোংদা ইরুপনে। ঙাকচিং থাপী থানিল য়ুম-সাকৈসাদা গুরুসু নিংথেমসু লুকুন থাংনা লিলোংদা ইরুপপবু য়াউরে। সুমিৎ অসিপী অথিংগী নোংয় ই পুক্নদা লিলোংদা ইরুপলুবা লৈপাক ছুপনা কংলা সুংজেং ইকোন্দা ইলুহনলে। মসু গী ইচেল থংনবা সুংথং ইরুপ্পবু কৌরে। লৈপাক য়াথোক চাউরে মীহাৎ মীপুননমা ইলুহনলে অদু নোংগী বু সুংথং ইরুপপা-ও তৌনা কৌয়ে। মম্মাংগী থরমবা থারবদি ই-ওনা পুনসি পিথম-নসি য়াসকনরে হাইদবরা মতুসু মদোমদে।×।

লৈপাক য়াথেক ওইরকলবদা পোরেমবা অ ল খোংনাং থাবনা নিংথেম মথাংদা থংহনলে। "নিংথেম নংবু তংহোরো মীতৈ ইপী লিচৎপু হোংদফদে হোংগনি হায়রবদি য়ারম অমবু হাইবিরমগে। ইপা ইপুনা চৎনরিবা লিচৎপু মমজা নমথেকনা মুৎথৎকে হাইববু তৌহৈদবনে। মতুগী তেকসিন হনজিনগদবদি

নিংথেম লিৎপা য়'রোইবে। লৈপাক মীয়ামবু ৱারক চৈথেং পিদুনা মীনাৎ মীপুন তৌদুনা লিচৎ হোংহনবদি মতম থরতগীনে লৈপাক মীপুম ফাবা ওইথোকলোইয়ে। নিংথেম নংগী মনিং থুংনবা হোৎনবদি লেপকনো ওইবদি য়াগনিয়ে। নিংথেম নংগী মলাইপক লৈবনা থবক অসিদা পাংথোকলো অদুগা মীপুম খুদিং থংজহৌনবা মুংথং ইরুপপা কোবসিদি নাকোং খুদিং পাওজেল-লমগে। হে নিংথেম-ও তাজো-ও অদুৱৈ ওইখিবা থোকখিবা য়ানে”। “পাওনম হিংদল মপানদা কৈদা হিদং মস্থ্গাংদা তরেং সেনপুং য়ৈরবদি বাংলেন পুংজাও ফুৰদি সনা লিকলাই মরুমী তুবী মরু থাবদি হৌদেনো। সেমবী মুকাকলৈ মরু থাবদি হোং-মেদো” অসি বাবু থংনসে। য়ারম অসি কাংলকপদ ময়াংমা গুরু অথোইবা সানতিদাস গোসাইদি মমুং মু'জেং ইকোনদ হাই-তুনবু য়ানথরে। “হে নিংথৌ-ও মপুক চেৎনা তাউ-ও। নোং-চুপচা লমবোইবা খিশিকনা চাকনি ফীনি লাকলগা নিংথৌ ফম-জাও কাখিবনা থোঙং মঙং ওইথরে। ময়াং লমবোইবনা মনিং তমনা থেমববু কয়ি থংদবগে। মদু থংদবনা মনিং তমনা থেমববু খুদম থংনবা নিংথেম কোলোই নিংথোল পিবিয়মগে। হে নিংথৌ-ও তুবী নিংথৌ চয়াইয়োংবা মহাকথকতা ময়াংগী রূপাল থাখিবা ওসিনা মনম ফাউরয়ে। নিংথেম মহাকথক লৈপাক অয়াবা চংলে”। য়ারম অসি তাবদা থোংনাংথাবগী মফমদা নিংথেম নংত মিৎয়েং তমববু লৈমাই থকথা হাইথখরে। হৌবম

সাগোল মকোকনা কোনখৎলে। খোংনাংখাবা মতৌ উৎদা নৈপাক পুমবা-অকি চংলে। ময়াং গুরুনা মকোক নোমনা খোংনাং থাবদা খুরুমজরে।। "মীতৈ মাইচৌ-ও শিদবা মখোং থাদা চংজরি। করিম্ থংজদবা নিংথেমনা নিংজবসে থুংহনবিয়ু। লমখোইবা ইহাকথক নিংথেম মনিং থুংননবা চীংউ নংনা কুমীয়ু"। অসি হায়বু কায়রবদা খোংনাংখাবা হুনদোকতুনা মচা মনাওশিংগা লোইননা নৈখরে।×।

লিলোং ইরুপপা লোইরগ্যা কংলাগী মুংজেং ইকোনদা মহৈ মহৈ ইলুনরে। ওইনাম মহৈ সেমবাং কুৎনৈ কৌবাদি অনিনা ইরু ইসেং য়াওরোই হাইবগী অয়েৎপবু খোকলে। নিংথৌ মনাই অচানবা হোৌবম সেলুংবনা চৈরাক পিদুনা চৈসিং ককতানা ফুরকলে। করিগী ইরু ইসেং য়াওরোই হায়বনো হংবদা বাখুমলে। "সংগোম মনি পোতচুৎ তানু সাবী ইবেম্মা" হাইওমলে। "ঙান্থু অচৌ অচৌবা চাদুনা পাংগল চৈঙাক নৈজববু সংগোম মনি চাদুনা মহুৎ সিনবদি য়াউজরোই" হাইরে। নিংথেম মসা চংনা হাইবিরে— "নখোই ইরুলো নোংখরং পাইনা বাসকলো। মপিঙানিগী অচেৎপা পুকচেলবু মতুং কোইনা কাউদননবা নৈসকনরসন্থ" হাইরবগী মুংজেং ইকোনদা ইরুপলে। নৈপাক খোনখোক লাউরকলে— "হে নিংথেম মপোক তয়েংলকতি ইরুক বাশক ঙাকলগে মপোক লাংওন লোইরগ্যা কোইলৌ নোংমা হেনবদা মীতৈ ইংমচং অরিববু মনাজনগনি" নিংথেমস্থ গুরুস্থ

হোইরাহনা রাসকলে। অহু নোংপোবু মোংখরং রাসক-ও ভৌনা কৌরে।×।

রাকচিং থাগী ১১ নি পানবা ইরাই সুমিংতা লম্‌লেন লৈসাংথোং মরুপা ফুরা লাইসংসুংদা থরলিবা লাইনিংথৌ সনামহিগী খুবমবু হোৎনা সাগোল মকোকমচিংবা মার নদাস য়াওনা মুৎথংলে। লাইসং মসুংদা থরলিবা লাইনিংথৌ খুবমবু লৌখোকপদা লাইগী সকক্‌ম ওইনা লৈরমববু লৈপাকনা অঙক চংলে হাইনবরা। মতুংসু মদোমদে। নারানদাস থাকুরনা করিগী লাইস'সুংদা লাইসনাগী মুরতি লৈরমবনো রাহং ঙম্‌য়ে। মোং-সাবৈ কৌবা অকনবনা চোংথোকতুনা খুংলে। "চিংমবিগনু ইপু-ও মহালমোং সেনজবা অমুদোমনা ময়াংগী পোইরৈতা ইননা নিংথেম গরিবনিবাজ মহাককী য়াখং থোইরাবু অমৎতা কাইদা সেমখিবনি"। সাগোল মকোকতি অঙকপবু চংলে। মোংসাবৈনা হাইরে—"গুরু সানতিদাস মহনতনা পরিং পথাপ তমবীবনে। মীতে লাইনিং খংদববু খংনবা হাইতুনা মীতৈগী লাই অথোইবা লাইসনগী মুরতিবু অৎনসিংদা হংহনা লিংখিবনে" হায়রে। মীতৈনা মুরতি খংবা ওইসনু হায়দুনা সেনতমা হৈদুনা সালিবনি। মীতৈ পুমনমক ঙ উংনবা মরমতবু সিনথরে। মুরতি অসি সাখিবা সুমিংতগী লমলেন লৈসাংথোংগী ফুরা লাইসংসুংদা লাই সনামহিদা বা ঙাংলে হাইনবু পাউথোকপনি। লৈপক হুপাবা লকাতুনা য়েংনরে। লৈপাকনা থাজরদুনা গুরুনা

হাইবগী সেন য়ামনা কংমরে ॥ মীতৈ পুম্নমক মুংখরং ইরুপথি-বনা লোইনমক লাইচুনরে ॥ লম্লেন ৱাংগোই মকাইফমদা সাত্নমা থমজিনবা মুরতিনা ৱা হাইবিরে ক যবসি কোমন্নুংগী পাউ ওইনা সনদোকলে ॥ মীতৈ পুম্নমক লুপখরে ॥ হৌবম সাগোল মকোকনা শকসিনবদুনা লোইনা তারে। ময়াং গুরুনা থনবদি মীতৈনা থাজহনলগা মতুব অমুক নৌনা থুগাইরবদি পুমিংবা মাইকৈদা পুশমগনি ॥ অনৌবা লাইগী অনৌবা মুরতি লিংখৎলগা মতুদা হেমনা থাজহনগে ভৌবনি ॥ মুংখরং ইরুপপবু নোংখরং ইরুপপা হাইনা খংহন্দলে। কিকখুল ক্ষ্মপ্ত মুৎনবা সিললে।×।

সানতিদাস গোস্বাইনা মখন মখল নৈরকলে। নোংখরং ইরুপপা লোইরগা নৈপাক পুম্নমক ৱাসক চৈথেং কংলদুনা লাইগী মুরতিবু থোইনা হেননা থাজহনলে। মুরতি থাজরে লাইবা উরদুনা অমুক মুরতি থুগাইরো হাইরে। লাইগী মুরতি থুগাইবদি গুরুগা থৌসিন মহৈ য়ানখরে। গুরু অহিং ভুমখিদরে করি মুরতিবু লিংখৎলগা মীতৈনা থাজবা হেনগদগে থনবনা মকোক ডাওরে। ইংডা গ্নাগী নোংমা পানবা ইরাই সুমিৎতা মীতৈ কংলৈপাককী লাই মুরতি সাজিনখিবা খিবিকপু গুরুগী য়াথংনা থোনগৎতুনা মোংবহনবা উমংদা লোইনা ফুমজিললে। ময়াংনা সাখিবা মুরতি খিবিকপু অমুক হননা ফুমবসি ময়াংনা হংগোইববু নৈখিদে। থোইয়ুম লাইপুংথৌ তরেৎকা উমংলাই মাপলমগী সকতম লৈতবনা মোংবাহনবা উমংলেলদা ফুমখিদে

ওইনা সেমজিনদুনা মপানথোংদা ফোররে। রাখন লংজিন কাজিননা মূরতি সকলোন পুশোকতুনা ময়াং খিবিক লৌতুনরে হাইদবরা। মঙ্গস্ম মলোমদে।×।

ময়াংনা গুরু অথোইবনা রাখন পানবৈ পুখোকতুনা মীতৈ মাংনবা সিললকলে। ময়াং ইপাল খাখিবনা ইগী ংশাং থংনা গুরুনা হাইগ্রমলে। "হে নিংথেম-ও নংগী লৈপাককী লাই অরুবনা রামানদি ধরমমা মপুং ফাগ্রমদে। ফুরা লাইসংমুংদা লাইগী মূরতি থমমতনদি লৈপাক মপুক ফাগ্রমলরোই। হে নিংথেম-ও রাবমমবু হাইগে বিচার রায়েন তৌবিয়ো। মীতৈ ময়েক হাইবসে তোকলসি। লাইগী বাংলোল ইবা মীতৈগী ময়েক পুমনমক লাইরিককা কোননা মুথৎলগা শ্রীরাম পরভুগী মংগোল ওইননবা দেবা অথর অসিবু চৎনহনসি" ডাকপিরে; "হে নিংথেম-ও পুকচেল পাংগল লৌসিংবা-ও হয়েং তুংকাউবা লৈহৌননবা রায়মতবু হাইজরে। মীতৈ লৈপাককী চৎনবী পুমবা লৌনা অমুক সেমলবদি অনৌবা ধরমমাগী মপুং কাগনিয়ে। অনৌবা ধরমশদা নাম দীখা তৌরবা মীতৈনা পুকচেল অনি লোংফরোইয়ে। লৈপাকতা সাগোল পাউজেল তৌবীয়ো"। "হয়েংগী ইমুংনা গুানবদা মীতৈ ইপা ইপুগী চৎনরমবা লৈরমবা লাইরিক লাইস্মুমথৈ পুখৎলকলো কংলা উত্তরা মাংদা থুংলরাউ অমৎতা চিৎথা নানথা থোকলবদি য়াইবী নথোরাই লোগনি" হাইনা কোনমুং সনা য়াথংবু পাউজেললে হাইদবরা।×।

লৈপাক রায়েল কমবৈনবা রাজ্যমপুবা নিংথেম পামহৈবা নহাক্লমোং মীতৈ পুমনা হৌনা লিকোং ইরুপহনখিবা সুংজেং ইকোননা ইরুপহনখিবদা মীহাং মীপুন তৌখিবনু লৈপাকনা রাকাউনদে। নিংথেম মমাথং অহকপবু অকি চৈথেংমচুনা অরিংবা লাইরিকসিংবু পুথুৎনরে। লৈজা লৈজবা পুখৎনরকভুনা কংলা উত্তরামাংদা লোইনা পৈররে। মীতৈ অকনাসিংনা মপান-খোংগী ঙাংনা সকনখিবা লাইরিক মথৈবু পোংচংগা লোয়ননা চমনা পৈররে। লাইরিকনা পৈবা পৈবা মাইকৈবু খোমজিন তাসিন তৌখরে। লাইরিক পুমনমক থাগা রাংগা পৈরে। উচুক তরুকমবু য়ুংসিললে। উচিরা মরিমস্থ য়ুংভুনা থকতা থকথম মথোল হাপকংলে। নিংথেমনে গুরুনে খোকলে গুরুনা ইসিং ইসাইফু অমা লেংখোংনরে। মথুৎনা মৈহুম মৈচেৎ পাজনা তরেংলক হননা কোইখরে। ফীজৌনা থকতা থনদুনা চিথেক মরিমকতা থাংনা লোইনা হকখরে। লাইজা ইসিং কৌজিললে মৈবী মৈরেল চুরকলে। মৈ রাইরকপদা লাইরিক মথৈদি মৈনা লোইনা চাকখরে। মীতৈগী লিকথুপ ইবা পুয়াগখোন লোইং-নামকতা পাইখোকখরে। পুয়া খিবিকনা মাইকৈ মাইকৈ পাই-খোকভুনা চাইখোকখিবসিদি মীতৈ পুমনমক অমুক হননা মী-তৈগী মথুবম কনজিনবা সোইদরে হাউনা গুরুগা নিংথেমগা চিকনবু ঙাংনরে। সানতিদাস গুরুনা অরাবনু ওইখরে। মৈগী মৈসা কনখিবনা লৈপাক পুমনমক থংহৌদনা পাইখোকখিবা পুয়ানি।

ব্যাধনসিবু পুথমদা গুরু অরাবা চৈথেংলে। গুরুগী নিংবা থুং-দরে হাইদবরা। X।

সানতিদাস গোসাইনা তৌরুরবদি হলনরোইডবু হাইদুনা মধাতানা হাইরকলে। "হে পুকচেল কবা নিংথৌ-ও লাইরিক অয়ামববুদি মৈনা ভমনা চাকথরে। অরুবা লাইরিক পুরা মথৈদি মৈনা শোকখিদরে। মীৎয় মীতিক থংলবা পুরা মথৈদি মাইকৈ সিননা পাইখিবা মরাং ঐগী ধরমমাসি কুইরোইদৌরি হাইরে। হে নিংথেম-ও তাবীও হয়েং কোবা নোংদগী মীতৈগী মীসি মীনা থোকপদা লাইরিক পুমনা মৈ থাবগুম পোৎসি পোৎলোই তৌগনি। মীতৈগী অরিবা লোলচৎতা অমতবু তৌকরোই" হায়-না তাকপীরে। মংথোং মংথোং থুদিংমক তৌথোকচুনা সিথি মাথিবগী সরু পুমনমক লৌথোকলো"। নিংথেম য়াথং কংল-চুনা হানমদগী লৈরোনমুংদা লৈরমবা সরুমথৈ পুথৎলকচুনা সনামাংদা পৈররে। সানতিদাস গুরুনা লাওথোকরকলে "ওসি পুরকলিবা সরু পুমনমক নিংথি তোরৈ ইরেনদা পুচুনা থাদরুলো। লুগী মচেৎ লৌচুনা লাইলৈপাকতা পুচুনা থাদরুলো"। থৌসিল অহুম তৌহিকলবদা মীতৈগী অহল চীংউ থোংমাংথাবা সনা-কোমুং কাররকলে। "নপুথৌসিংগী হাকতকতগী লৈসেম থৌবু পুরকলবা থোংমাংথাবা ইহাকনা সনামাংদা হায়রগে। হৌজিকতি লৈপাক পুমবা লোইনা অরাবা চংলবনি। লুগী লুচেৎ পুচুনা নিংথি ইরেনদা থাদবদি মীতৈসিংনা অরা লৈপাককী মীথা

পোকগনিদো। য়েকনা মীথাপোম থোচংহৈদে। মংলেন মংথোং হাংঙুনা সরু ফুকপদি নিংথেম নংনা মঙুগী মরাল ফংজগনিয়ে। য়ায়ম অমত্ত্ হাইবিগে— মীতৈগী লাইরিক মখৈ মৈদা থাদোক-পদি লৈপাক অরাবা চংরনি। খংজো হে নিংথৌ নিংথেম পীসক-ও। লাইরিক মচা খরা চাকথরবস্ত মীতৈগী পারি পুরি ইবা পুম্নাসিংদি অমত্তু মৈনা চাকতরিয়ে। মাকৈ মাইকৈদা পাইখিবনি। নিংথেম নংগী সনাযাংদা নোংখরং অরুবা মীতৈ য়াসক ওইনরিবা পামেল সিংজা মসা পাইদুনা ইরুপ রাসক লৌনখিবনা মতম খরদি ননিং তৌজরো। মতম থোংবাই খরদি নিংথেম নতুং ইননা থৌরম থৌদোক পুমনমক চৎখজরো। হে নিংথেম-ও তাও নিংথেম নংগী মরমগীদমক মীতৈগী লৈরক কোমসাং খুদিংদা পুম্না লিরো লিসললগে। হয়েং পে ইরৈ লমদমসিদা রাসক ইরুপনখিববু মুংসেল ইহললবগা নিংথেম নক্ত থুলজস না। ঙসি কৌবা নোংদি নিংথেম নথো তৌজখো। পেমমা পোলোই য়েংমসি হাইবা মতাংনা হাইরবনে। হে নিং-থৌ-ও হয়েং মীতৈ হুপনা মপোক রাসক স্নরবদা মুংসেং ইহল-নরগা নিংথেম নপোক য়ারিনা মমং খুম্না যোনথাংনগনিগো। হে নিংথেম-ও ঙসিদি হাইরবনে মতম থোংর ই লাকপে মীতৈগী অহৈ অসিং পুমনমক মরাই ঙমনা লুকনরে। মীতৈ মরি মুৎতনবা অথংবা পুমবদি নোংখরং রাসক য়াওদবনি। ইস্ত মতম থরদি

তাইর খিগে নখিং খিংনা য়েংহৌরো। হে নিংথেম-ও মম্মাং লোলচৎ পামবদি নিংথেম কম্মা মুংসাংফরোইয়ে”। অসুম বাহৈ তাকপিরবদা সানতিদাস গুরুনা পিস্তুম সুকনা মুংবংলে কাইদবরা।X।

থৌগল লোলচৎ তাকপিরবদা পামহৈবা বাখল থেনবনা অমাও সকফম উংতুনা বাহৈ খজিক কাংলকলে। “নিংথৌ ইগী ইহাকথক গুরুগী মাংৎ কাইররোই। মীতৈগী বাচুম মুবা ইপুনি ইপুনা খো নাংথাবনা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা খিবিফপু তাইনবিহুনা নিংজববু থুংজগে। হে মাইচৌ অখোইবা-ও চৌউ মিংথৈ থোক-ফংলবা ইপুনা নি খো হংগাদনক লম্বী মাংদো ওইবীয়ু” হাইরম-লগা গুরুগী খবক লানম, চোংদুনা কাকংতুনবু তুখরে। গুরু চানা হেংলনবদা বাখল ফেনচিং ফংদরে। নিংথেম কংলাগা থেমপংদা বাখল ফংদা তুরখরে। তোবম সগোল মকোকনা নিংথৌ সেনবা খরবে পামকেবগী থৌগল তৌজেংহনরে। করি তৌফম থাদবনা নুংশম থোক্লা হৈখরে গুরু সানতিদাসনা মনতরা মুলনা কনা সোনজববু থোইনা হেননা নুরকলে। সিবা চংবা খংলকতে। মমাং গুরু অখোইবা সানতিদাস কৌবনা খুরুমজক সল সংন। লৈমাইথকতা মাতুংদৈ খংহুনা থোংনাংথাবনা লাইজরকই। ‘মৈতৈ গুরু অখোইবা—ও নিংথেম ইগী অচানবা পামহৈবনা অগাবা চংলিবাস অমুকতদি কললিয়ু। মমাং ইগী ইথিক লৈতবনা মীতৈ লখোং কোননা হাইজবনি”। “হে মমাং

লমথোইবা লেনচং মকম থংদবা ম্বরম অমবু হাইথিগে পরি অনৌ সিননবা মীতৈ ইখোইগী চৎনবনি। নমিৎ পিরা ইরোই-নবা অদু য়োনা হাইজবা খোংনাংথাবা ইহাকনা থংবনি। তেংবা-নবা মপু সিদবা চৌংউ মাগী নোংদমনা মতম থরদি মীতৈ ইখোই বাখো হাইবনা মরাং নখোয়বাই কনবিরমগে। মরাং নংগী ই মকনা মীতৈ কংলৈ লময়াইদা পামহৈবা কৌনা সাৎপনে। মপু মাগী খৌসিল লৈথিবনা পামহৈবগী খৌরাইবু কৈদোরোইরে' অসুম হাই-বিরবদা পামহৈবা কৌবা নিংথেমনা তুমন্নুবগুম হৌগৎলকলে। নিংথেম রাগল কংলতুনা খোংনাংথাবু খুরুমলে। রামম থজিক কাংগমদনা হাইনিংবা কোংগাই লৈনা পামহৈবা তিংঙকনবিতৈদা "নিংথেম নখৌ পাংখোকউ" হায়রমলগা খোনাংথাব হনথরে। কংলা সনা সংগাইমুংদা গুরুগা নিংথেমগা অনিমা খোংলোই থিবিক রাওনা হনরাইজরে। অহিংগী তাংলৌ অখেংবদা গুরুগা নিংথেমগা শ্রীরামচনদ্রগী অখোইবগী বনবাস চরিত্রগী পারিতৈ নিংথেমগা সনা কমজাওমুংদগী কাপথরাং নোংমৈ সিংজং তাগুমবা মখোয়মা থক য়েরে। মীকপ মীরাওখোলনা সনা সংগাই লাংলরে। লৈমা অপামবীনা পোকচব সংজাই বৌবা ময়ামবাগা মমাউ সোনদ-মনবা অমনতা সাইগা অনিমাবু অঙক-অচাও লাইচুরে। লৈপাক অমাইবা অমাইবী চংনা হোংনববু কব্বি পামবৈ কংথিদরে। লাই-নিংথৌ সনাইরেল সীদবা মপু মাগী কজাওদা খোইরু থউরব

থানবা হৈন্নাং লৈরাং মসিংস্থবা হৈন্নাং হৈরুকসেম লৈরাং লৈকা থেননা থৌনিজববু হেনগা কৎতা খুদমলে হাইদবরা।+।

ইমুংনা সোরা তৈরবগা সানজিদাস অথোইবগা হৌবম সাগোল মকোক য়াউনা তথেল পনচোমরাই মথোই অহুমথানা থোংনাংথাবা মহনগী মকথদা চৎতুনা কপচরুরে। হাইজা মোনজা তোইরকলবদা থোংনাংথাবা অহনবা মসানৌ মোইরাং লালহানববু তিনকোক লাইকোকমবিরু হাইনবু পাউসিরে। লালহানবা পনবা তৌদনা থুনা য়াংনা তৌদুনা সনা কোনমুংদা গুরুগা লোইননা থুংলরে। ইমা লৈমারেল কায়াইদা পাউজাক প উবেম তৌজরে। লাইনিংথৌ সনাইরেল সিদববু ইরাং থৌনিজরবদা জাইরেল পুংফাইনা হাইরবদা তিনকোকচরে লাইকোকচরে। মীতৈগী অকল থোংনাংথাবগী থোইনা থোইথোইববু লুরাই থকতা হাপ-তুনা মোইরাং লাফহানবা হনথরে। লাইরেল কজেংজানবী চমুসিংনা পাউহং তোইরবমু মীতৈ লোমচৎ অরিবনা পোংথা লমবী ওইমরে। সনা সমজাই মুংচানবগা মসানৌ অনমতাসাই অনিমাবু চাঁউ মাপী থোজাননা অক্ষা মুংজাই ওইজরে।X।

মতুং হাকম, কুইংদে ময়াং গুরু অথোইবা করি উবা তৌদন, বনা সহুম ফংদনা সনা কাজাওমুংদা মুরসা ওই রামথারে। অদাংও চোইরেন তৌদুনা লৈরমলবগা জাইহাক পুংগোই মমুংদা লাইথুং মরমস্থনা রাইথুংলয়ে। হনথ হাকনা নমথীব, ইরোইননা মনাক নকলুবা উমলাখিদে। নিংথৌ পুকনিং ওলাংলে। গুরুবু সনা

কোনম্নুংদগী কপনা লাউনা ইনখোকলে। লংমাইজিং চীংখোং ওংবা লম অনদরো চীংখোংদা ল'ইরা হংচোক ইরোইনা ময়াংনা মতোম য়াতাথি॥ লংমাইজিং চীংখোংদা লৈরিঙৈ সানতিদাস গোসাইনা অনদরো তুমন অমবু লৌতুনা য়ুমতিমননবু লৈথরে॥ সনা কোন্নুং ময়োলদা ইরেম তুমন অসেংবা থম্বাল কৌবীদি মপারি সনাহলতগা মরক মরক উমরি॥ পামহৈবগী খোমলে মংলানদা গুরু সানতিদাসপু উরমমি হায়তুনা সানতিদাস গোসাইবু কৌশিললুরে॥ লাইথুং কোকনবা মরমবু খিজ হুমজা হোৎনরে॥ পামবৈ লামবা ফংদতুনা লৌরেমবা অহল খোংনাংথাবগী নাকতা চংজতুনা নোনজরবদা তাকনাথা পুরুপ ইকোনদা ইরুপচরু তাকপীরে॥X॥

ময়াং মখৌ খোকলবনা তাকনাথা ইকোনদা গুরু মতোম চৎতুনা ইরু থৌবু ফংগে ত মফংববু পুরুপ ইয়াইমুংদা সনাচৌরেল চীরোইনা ইপুখৌ পাখংবনা অদুং সাল্লুমনবা সকফোংলকলে॥ মতৌ থৌদৌ অতুদা খোংনাংথাবা অহনগী থোইয়া নিংথিমবু লৌজরুতুনা হনন'মুকতা চংলকলে॥ মীতৈ অহল খোংনাংথাবনা তাকপীরকপদি। ননাই করি থংজদে কনবিদু হায়জরকলবদা য়াবিরে॥ উমথী পুকনিংচেংনা ইরুপচরবদা জিনকোক লাই-কাক ফংজরে॥ ময়াং গুরু অখোইব শ্রীরামগী নাম সোনতুনা সনাকোনম্নুংদা হললকলে॥ তীলকোকলবা মতমদা ময়াংগী মচংমবু হৌরকলে॥ মীতৈগী লাই অখোইবা সিংমাইদনা

লৈববু অকী তুজুং চংলে॥ "হে নিংথৌও অথোইবা লৈপাক অসিগী লাই অথোইবদি মনি কিরিতি থমথগুমবনে লৈপাক অসিদি অচমবা নংত্তেয়॥ লাইকমবু ওইরবা মনিপুরা লাইনা লৈকমবু ওইরিবা মনিপুর কৌবা মখিংবু লৈপাককী কেংলোই মিংলেল ওইয়সি" হাইজরবদা পামহৈবা ময়াথং হেংইয়ারে॥ "ওসি কৌবা নোংদগী মীতৈ পোকনকম কংলৈপাক অসি গুরুগী য়াথং লৌনা মনিপুর কোলোইনরে" অসি র'বু লাওথোকলে হ'য়দত্রা। মচুন্ম মলোমদে॥×॥

সানতিদাস মহনতনা ভকসি সোননা হয়াওরে॥ লৈপাক অমগী মখিং থোনবা মহাকথকতবু থোকথরে॥ মীতৈ পোককম লৈপাকপু মামা নিংবা মিংথোনবা হয়াওবন জুডোন সাংলে॥ গোসাই মাগী নিংজববু মীতৈ পোকফম লমদমগী কোলোই মখিং তোংবদি॥ লৈপাক অসিগী মখিংবু ময়াং মরোলদা থোন-বনা ময়াং লমচৎ হৌবনি॥ অসিতবু উত্থনা গোসাই ময়াই কাংজরে॥ পোইরৈ থিংয়েং ভমসোইবা পামহৈবা কৌবদি নিং-থেমনা গুরুগা সাগোননমনা লৈবসে সনা মোয়ামবনা মাবু পোকপী থমবালদা চংদুনা হংজখি॥ "কংলৈ পুংগী লৈমরেল ওইরবি ইমানা কোয়ৌ নোংমতবু হয়াও মিনোকতবসি গুরু সানতিদাসনা নংতরগা পাবুং নিংথৌনা নংত মিয়েং থাবয়া॥ ওসি লপান্নিগী পাংগল চাওরকলে" হায়জরে। "ওসিদগী চহি অহুমগী মতুংদা

ইমাগী ইবুংঙো নংঙোন্দা বারোলমাবু ভাককে” অমুম চীল-লোকনরে হাইদবয়া। X।

তা নেক অমুম তৌরিঙৈ অবানা লালফারকলে। তখেল-না লালতারকলে। নিংথৌনা গুরু য়াওনা হোংনবদা লালবু লোইনা ঙমজরে। অবা নৈপাক মপুংয়াইদা কোং মতোল ফুরামবু থাংনা চোংলা য়াললময়ে। কৌবম অকোং। অকললুপ লাকপা হুইদোমবা পংতরাসিং। পানসা নহারুপ লাকপা য়াওনা তংখৈল লালসোকনববু লাল উমযে। অবা লল সোক-নবমুং সেতু সেনাপতিমচিংনা চীংবুরোই তমবুরোই য়াওনা লাল চংপবু লাল ফায়ে। তাংজ লুরেলসে ই লালনু চোমশাই কোইনা চীংউ লাইগী লাইমাংদা লাকলোই লাইরেংবী মখোং-থাদা কংলরে লইরেল মীদিংঙু পামৈহৈদি অবা লালকম মৈসা লাংলবগী হুমমাংবু কংক্রিৈঙদা তখেল লালফবু লাল ঙংয়ে। লাইরেল মীদিংঙু মহাকনা অবা তখেলমচিংনা লাল তাবুবু লাল ঙময়ে লালফা য়ামযে। লোইদাম কুমসিং অনি-নিবু হৌগ্রবদা সনাহল সাই মোরামবনা থমহাল নাকপা চংদকতুনা মমাও তোলেন তোমবগা সানগ্রিঙৈদা সনা কোন-নুংগী মীয়ামনা য়া-য়া খোনথোকনা লাউনরবলে। মমাং গুরু সানতিদাসনা নিংথৌনা যাহে হাইদুনা সনা কোনমুংগী ফংজাও সোকলকয়ে। মতৌ অসি উরবদা য়োইবু য়োইহেন খিপিকনা অকন অরাও সিংনরকলে X।

নোংমগী কোইরৌ নোংজাদা লৌরেমবা অহননা সনা কোমনুং মন্নুংগী কংলা মীতিমসংদা লৈপাক চোনদা ঙিললিহৈদা থংহৌদনা থুংলরে। সানতিদাস গোসাই মহু চাউবনা নাপল ময়াই কাখিবনা কনাবুম্ম উখিংজ্রে। মীতৈ কনামংতনা গুরু গোসাইগী মাহৈগী লালদা মনতল্লাগী মিতলংগী লমবীদা লামথা পাববু ঙমনখিদরে। গুরুগী মতিক লৈদে হয়াওখিবনা নিংথেম পামহৈবা খেকনা খেকনবু নোকচরে। য়োইবু য়োই-হেন অখোইবসিংনা ময়াংগী থৌদো মতৌজু মহৈ-মহৈ নিংপু নাঙ্গ্রে। সনাহলসাই খোইচানবনা লোরেমবা নাকতা চংজুনা ময়াংগী নাপল পালাইদববু মহু য়ৈথেকপিননবা হায়জরুরে। সনা কোমমুংদা লৈরিবা অরু অহেন ইরেনদা নাইতোম সাংলিবা নৌরা ইবুংঙো সনাহলবু থুংহাই নিকনা পুকথেম্নলে। খোংনাংথাবা মীয়ামগী ময়াইমকতা ফোং লাউনা কনা থংহৌ-দনা ফমলরে। কনানো কনানো হাইনববু মীতৈ অহন খোংনাং থাবনি সোননরুকলে হাইদবলা।×।

ময়া না নাপল চাউবনা খোংনাংথাবা অহনদা থৌওই উমিংতা মাংওইরে। লৈপাক থংদা ফাওজিলরকুপদী করি মিংতলং হৈবনো সিংনরে। মতৌ অদুম তৌরবদা নিংথেম য়াওনা অচম অথৌ মনাংদা লৈরিবা মিয়াং মিরেন অচৌববু পুংনা য়োংকে কাইজুনা খোংনাংথাবনা য়োংথোকলে। মথুন-হবু কাইদোকলে। লেপাক পুংবা দিপাইনরে। মীতৈ অহনবু

থাগৎনরে। তাইবং কনানা ঙমলোইদববু ঙমলে হাইনা সৈসকলে। গুরুগী মতিক য়েংলসি হাইহিকলবদা গুরুনা মতৌমগে হাইদুনা হংগাম মরু উতোং অমবু লৈপাকতা হৈদোকলে। খুম্ব অমবু তমওম ওনদুনা হংগাম মরুবু খুললে। হংগাম মরু খুললিঙৈদা খোংনাংথাবা অহনমা হৌদোং ওনদুনা খুম্বু লাকলে। মথৌমাই-মকতি কনবীয়ে কনবীয়ু হাইনা নোমজরবগা। অকৌ তুজুং চংনা খোংনাংথাববু পুরুমলে। লৈপাক পুমবা মীতৈ অহনবু লাইমকনি থাগৎনখি। নিংথেম মমাধং লৈপাক পুমবা হননা-থরে।X।

মথংগী অয়ুকথেনদা ময়াং গুরুনা মখোই করিম চিংথোকতুনা খোংবাহনবা ইরেমদা চামলে। লৈপাক কিঙৌ ফৌনরে। মতৌ অদু উবদা সনাহল সাইদি খোইচানবনা খোংনাংথাবদা পাও-তাকলে। "হে মৌরা অপসক। সে সে খোংনাংথাবা ইমা পৌরিবা লৈপাক লৈতুম অসে তুরেলগী ইরেমদা থামরুচো" তাকপিরে। সনাহলনা খুৎলৈ সিংনা লৈতুমবু ইরেমদা হুনথবদা ময়াং গুরুগী খোইরিম হনজিনবা ঙমখিদরে। খোইরিমনা হনজিনবা ঙমদদুনা সীবা তারকলবদা অঙম অখৌ চেননরে। করি পামবৈ কংন-দয়বদা মীতৈগী অহল অখে ইবা ইপু খোংনাংথাবা কৌবীরু হাইনা নৌমা সনাহল কঙোই লৈয়েং য়োঙমদা মপাংবুং পামখৈবদা হংগৎ-চরে। চুমদী তাইদুনা খোংনাংথবদা চৎতুনা হাইজরবদা "নিংথেম নংগী গুরু কায় খোইদেক ঙৌরেক মতো য়েংগে তৌববু

মথৌরাই কনসি হাইরবদি খোংনাংথাবা ইমা ফজরো হাইরকই হাইদুনা সনাহনদা লাউহললো ” হাইরবদা সনাহনমা ফজরো হাইবিরবদা গুরুগী মথোই মরিম হনজিনজরে ।X।

নোংমা কোইরৌ নুমিৎতা পামকৈবনা গুরুবু মথারোমদা অসুম কোইথোকলুসি হৌরুববু খোংনাংথাবা মাওহললু হ য়রবদা লৌরেমবা অহনবু কৌরুরে ॥ কোইরুমবা মকম হাইনরকপদা লোকতাকতা থমচেৎ চাবমা ফরগনি হায়বমা হি ইসকচাইববু পুজেমলে ॥ হি ইসমচাইবদি ফিজাও ফিরেম ওইবগা নৈপাক ছপনা চৎজসে কায়মদুনা চৎলে ॥ হিনা অসুম লাকপনা লোকতাক পাংয়াই য়োরকলবদা হিগী সকওং হোংলকলে ॥ তেংবা'লবা মপু সিদবা অংম অঙাংল থাইবীবা তরংথককী ইপুরোইনা খোংনাংথাবা মফমদা মালং সাহুমপি লংজিন লংনা মবমবু য়াংলেন থজিকমদা পাও থারে ॥ খোংনাংথাবা অহনমা য়াংলেন থর'সগী মনুংদা কৰি থৌদোক ওইরগবা খনদুনা সুংদা হিকনা হিকনা কপচরি ॥ তরং থকতা ফিরোনবা ইপাক থকতা পুলেগপা লাইনিংথৌ সনামহিরু থমমোইসুংদা থাগোমজরে ॥ লাইনিংথৌ সনামহিনা খোংনাংথাবা মফমদা মালং খোংওইনা লাইজা ইপাক থকতগী হৈয়াং লৈয়াং মনমওই থুদমবু পীরবদা নৈপাক মচাসা য়াংলেন মিকুপমগী মনুংদা কৰি করমবামবু থোকলগদোরে জাকপীরো ॥ নৈপাকনা মিপাইনরবদা গুরু সানতিদাসনা ইনৈরি করিম্ব তৌরোই হায়রিঙৈ হি ইসমচাইবদি হিপান অনিমক

য়াংখৎলককলে॥ মকোক মরাই কাংনা নোনথডুনা ইয়াইদগী চরাং চারে॥ মরৈ তয়না থক-থক থক-থক নিকলকরে॥ হি লুপকে তৌরবদা লৈপাক পুম্বা য়ানরে হাইদবরা। মচুম্থু মদোমদে॥×॥

লৈপাকনা য়াবা উরবদা গুরুনা ইনা হিবু থেমগনি হাইদুনা মিংথৌ সেনবদগী থাং লৌদুনা হিপানদবু য়াদখরে। লুথমদমু য়াললে ইসেংমকতা থোকলে ইনা হাথারকলে। হৈননা হৈননা হি নিকলকলে॥ গুরুনা মোইবুং সঙখোন চাইরে। মাদানা ফুবীরে॥ হি থামবা ঙমদরে॥ করমনো ইদি ঙমদরে হ.ইরবদা লৈপাক চংনা খোংনাংথাবদা কপনা খুরুমনা হাইজরকলে॥ "হিদি মরাইনা ফজখিনি থোংপা হিমাইপা ইনা ওদবু হ.ইজৌও" হাইবীরবদা লৈপাকনা গুরুনা হিমাইপদা কপনা হাইজরে॥ হিবাইপনা হাইরে "হে হি ইসমচাইপাও চৌঙ মচুৎথোক মীতৈ অহল খোংনাংথাবনা য়াথং পীরে কবীরো" হাইনা হিরুপাকতা খুৎনা নাননা থেমববু হি নিকপা তোকলে॥ ই থোকপদি থকতরে॥ "এতং অসি লাকলবদি গুরুনা চৌংঙু ইয়ামবা অকনদা হাইজবীরো" হাইরবদা সানতিদাসনা খোংনাংথাবদা মখোং লোকনা হি থামবীরো হাইজরে॥ খোংনাংথাবা অকনদি মিৎলুদগী তরং ইহৌরি। চিনবানখোংদদি নোকতুনা "করি কিনিংঙাই লৈতে হি থামগনি" হাইবিরে॥ সীবা কিবা মীওইবগী কৌনসানি! পামহৈবা

সীবা কিবদগী খোংনাং থাববু মখোং কৌননা কপতুনা হিবু খ'মবীনবা হায়জরে॥ মতৌ অদুদা পনথবা তৌদনা প'ংহৈ ববু কৌগৎপিরগা হাইরকই॥ "হে নিংথেমও করিগী কিরিবনো খো'নাংথাবা সনা খোংলোইনরি ময়াং গুরুগী থৌওং য়েংসি মতৌবনি॥ মানা হাইজরবদা খোংপা হিমাইপা ইনাওনা হিদি নিকহনদরেদো" "হে হি ইসমচাইবা-ও করিগী খোদৌ মও'সিবু তৌবনো নহ'লনোং তাইবং য়েলকৌইঙ লাইনিংথৌ সনামহিনা তরং থকতা হিজোনবা অদুনোংগী ইসমচাইবা লৈবনে॥ মতম থজিক লৈঙমখো অদু তুংগী তুংলমচৎতা নফম-লাংদা হলংহৈয়ু॥ হে হি ইসমচাইবা-ও তেথরো" হাইনা হিগী মসাদা নানববু ইথোকপা করে হাইদবরা॥×॥

নিংথেম সনা পুক্রুং পেক্লজনা খোংনাং থাবা অহনদা মনা মথেল ওইনা লৌ পরি তরেৎ মাবু পীরে হাইরবদা খোংনাংথাবনা হাইজময়ে॥ "হে নিংথেমও তউদে হিগী বিরোল থংবা খোংবা হিমাইপা লস্তুংলাগীনে॥ মনা মথুমদি হিমাইপা ইনাওদা পিবীয়ো" হাইরবগী হিমাইমদা পীরে॥ অসুমনা অরাবা মুংডাইবা কয়া লাকলকতুনা লমলেন ফুবালদা পাং-লকলে॥ নিংথেমনা উতোংচাক হৌসি হাইরবদা হৌবদি লোইরে। ময়াং গুরুনচিংনা নিংথেমসুং লৌরেনবা অহনসুং ফুংগা মুংচুম খিনবগুম কমলে॥ উতোংচাক চাদ্রিহৈদা ফুংগা মুংচুম সানা কমলাইদা থংলাও লাওনা খোংনাংথাবা অহননা

হাংমৈ কোকখোং ওননা তুরেলদা লৈপাক লৈতংগাইমা খিন-বাৎতুনা খোংনাংথাবগী লাইপকতা ই থোকলে॥ ই থোকলকপা অঙ্কু মালেম লৈদা তাহৈদে হায়দুনা নিংথেমনা সনা সেমপাকতা চহৈ ক্ষী হাপনা য়ারে॥ ই থকলাঙ্কুনা খোংনাংথাবা অহনবা ভেংবানবা মপুবু থাগোমনা থমোইসুংদা কপহিকলে॥ করি থৌদৌ লৈবনো হায়না নিংথেমনা হংজরবদা খোংনাংথাবনা হায়রে॥ "ওনথোকপা মতৌবু ওইখরে। মহাং লমবোইবা মাগী তুংইললকপা থাংজা ৭ পু থুংলরে॥ নোংচুপলম ময়াং লৈপাকতগী লাকপনা ভক্রেম চৈংজেন লানমা পাইরকপনা সনা কৈথেল মপা য়ৌরকপদা কৈথেল কাইখরে॥ কৈথেলগী ইমা ইবেল পুমনমক মপোৎ মচৈ হুনখাকতুনা মহৈ মহৈ চেননখরে॥ কংলা ইমককদা হায়জিনখ্রে॥ কংলাগী য়ুম পুমনমক লোইনা মৈ হৌনা চাকলে॥ মাংখ তারে হাইদুনা খোংনাংথাবা ইহৎকন্নু মৈ কনবা মাওরুবদা মৈগী মৈসা ফংলকতুনা থংবনে" হাইরে॥ গুরু সানতিদাসনা খোংনাংথাবা অহনবু অঙাংগী মতৌনি হায়রবদা খোংনাংথাবনা ময়াংগী চহি হংবীরে॥ ময়াং লমবোইবনা মাদি শ্রীরাম রাবনগী য়ুদ্ধ থাদা লংকাদা ফিরাল পাইবা ওমলে খুমবদু খোংনাংথাবনা অহনবা হাইরে॥ "অঙ্কুডেগী রাবে পলেম নংবু পোকপী মমানা সানতিদাস নংবু পোকওমদা সাঙুম লমবী লাকলবদা মীতৈগী মাইচৌ কৌরুবো হাইদুনা খোংনাংথাবা ইহাকপু কৌররে। হি করি মতৌনো হাইদুনা ইহাকনা

চৎলুবদদি ময়াং নংবু পোকগুমদা অমাইবা অমাইবা খিবীকনা করমনো হাইনদুনা লৈনরমদে। নংগী সাকৈ পুম্বাহৌ পলেম নমানা হাইজরবদা খোংনাংথাবা ঈনা সানতিদাস নংবু পোকপিয়মবনে। নমানা ইবু নমিং থোনবীরম-ও হাইজরবগী ময়াং নংগী নমিংবু সানতিদাস হাইনা থোনবীরমবনে”।

মতৌদু উরবদা নিংথেম পামহৈবনা হাইজরে। “কংলানা মৈ চাকলমলবা ইপু খোংনাংথাবনা চুমগনি। কংলা মৈ চাকলমদলবদি গুরুনা চুমমগনি” হাইরদুনা উত্তোংচাক চারে। সনা কোম্নুংদা হললসি অরেপপম্মা য়েংনরুরসি হাইনরে। খোংনাংথাবা অহনদি উত্তোংচাকপু চাখিদে। ঈসিং ফাওবা য়োংতরে। থুন মাংনা তৌদুনা সনা কোম্নুংদগী সগোলতোংবা মী খর থুংলদুনা কংলা মৈচাকপগী পাওবু তমলরে। মীয়াম পুমনমক মীতৈ মাইচৌ খোংনাংথাববু হননা হমনা থাগৎলে। হাইরু হাইরু খুদিংদা চৌংঙু খোংনাংথাবা অহনবু লাইগুম সোননরে। মীয়াম পুমনমক লোইনা হি ইসমচাইবদা কাথৎনরে। অসুম পনদনা লাকপনা লমলেন ইরাইলৈমা য়াতাফমদা থুংলুরে। মহালমোং অরাংবা কৌপরু অসুপপদা লাইনিংথৌ অতিয়া সীদবগী লাংওনমদা সলাইরেল সীদবনা পামথিৎলে লাইনিংথৌ লাইরেমবীসিংনা কিয়াং হিরেল সাদুনা সেলপোই চৌংলোন পুখমমকতা য়াইথুংখিয়ে। মোংমা কোইরৌ মুখিৎমদা লাই-য়ামসিংনা অপাম অপাম্বা খুনদাইগু কোইনা চৎনা তোখিদৈ

লাইনিংথৌ সাইরেমবীসিংনা সেলকোই মতাকবামদা থুংলুরে॥ মকম চাবে হাইজুনা লাইজা ইসিং ইরৈমানা লাইরেমবী থুবমওই য তাজরে ॥ হিয়াং হিরেনবু সেলকোই চৌংমখোংদা থাংলে অতু নোংগীবু হিয়াংনা থাংনকথনে হাইবনা কোলোইনা মাগী হিয়াংথাংও তোমা কৌরে হাইদবরা॥×॥

লমলেল হিরাংথাগী চৌংদা লৈপাক পুমনমক হি ইসম-চাইবগা লোইননা বাইথুংখরে। নিংথৌমচিংনা লমবোইবসুং লাংগোইথকতা তোংবা সনা কোমুংদা থুনা য়াংনা কাখরে॥ খোংনাংলাবা অনদি অহন মতমনগা ওইবনে তপনা লাককে হাইঠনা লৈহৌরে॥ সন কোম্মুং মৌরকপদা নিংথেমনা খোংনাংথাববু উরে॥ হি কদিনো ইপু খোংনাংথাবদি খোংনা চৎহৌববু মাংহৌমনা থুংলমলে হাইনরে॥ মীচিক মীরাও-খোল তাবিদরে॥ মৈনা নিংথেম সংগাই তুমনা চাকলমলে॥ কংলাদ কৈপাকনা কোননা চাকলমজুনা মৈবী মৈসানা সনা কোমমুংগী লৈমা য়োইহেনবিশিং য়াওনা সনা কৈথেলদা অহিংজুবা লেবলে॥ গুরুনা অলসংখদা ইসিং হাপতুনা চাই-রুবদা কংলাগী মৈচাক হেললকলে॥ সক্তিদালনা ইক ই ফিরুক থুমজুনা কংলাগী অকোইবদা পল খিংগংলে॥ ইসিংনা থননা হৈবরু মৈচাক থোইনা হেললকলে॥ লৈপাক পুমবা কাইনরে। গুরুসু পামবৈ ফংওমদা চেললে॥×॥

খোংনাংথাবা মাইচৌদা নিংথৌম য়াওনা গুরুনা মৈ মুং-পীনবা হাইজয়রে॥ গুরুনা চেন্দলবা মতমদা খোংনাংথাবনা হাইবীরে॥ "লৈপাক মাংবা য়ারোইরে। মিংনা উবা মৈ অসিদি কললগে" হাইদুনা গুরুগী পল অদু কাৎতোকলে॥ মৈতরং ইসিং তরং নোংসিৎ তরংগী মিংথৈবু সোমদুনা মৈগী মৈমুংদা খোংনাংথাবগী মথুং থিংজিনবদা মৈ চাকপা তোকলে॥ "হে মৈবী মৈয়েল হোংবা নোংচুপলমদগী লাকপী থাংজ পমকনা কংলাগী চৎলমদ মালংখেংগী খোংয়াদা তার-থোকতুনা থংলে॥ খোংনাংথাবা অহননা মিংনা উবা মৈদি মুৎথংলে। মুংদা চাকপিবা মৈবুদি তাইবং মনা থাংচমদনা চাকলিবনে হাইনা লৈপাককী মকমদা তকপিরে॥ মুংগী মৈবু মুংদকমদি হৌজিক কোরেনগী মাদি নংতরে॥ হয়েং তুংলম অমদা মীতৈ অরিবনা য়েক সলাইগী সাখোং থংনা কংলাবু চমতাইরবা। কংলা মসাইকোনদগী মীতোপ সয়াল তাললরবদি মুংগী মৈবু মুৎচমগনিয়ে॥ চসিনক মমুংলসি হাইববু নিংথেম নহাকথকতা নোংচুপ লোমগী লিচৎ লৌথি-বনা য়াররোইয়ে॥ তোদকদে তাইরবদি নিংথেম নপূমসি শিথমগনি। সনা নংগী লিকলাং পরেংবু চোইজাইনগনি"॥ পামবৈবা গুরু য়াওনা ওননা খোইনা কপতুনা মুংগী মাদি তোকপীরো হাইনা খোংনাংথাবদা হাইজরে॥ মদুমু মদোমদে॥×॥

লৈপাক মীয়াম হৌড়না কংলৈপুংগী কংনা সংগাই হৌ-জরে ।। অমুক খুমসেম লৈসেমলে ।। ভাললক অমুম তৌমিলৈদা অয়ানসু লানদায়কপবু লালকায়ে ।। অমা মরু কংনা মাংহললে ।। অয়াবা থৌংদাক কয়ামা হৌখয়ে ।। লৈপাকনা মতম কুইনা য়াড়ুনতা লৈয়কপসি পোৎখাবনা হিয়াংকৈ কুমমৈ তৌসি হাই-জুনা নিংথেম পানা পামবোম খাইনা থোং কাংথৈ সানমরে ।। লৈপাক তিললে লৈপাক হৌরে ।। নিংথেম মাগী মচাইবুং-ভোসিং চিংখবা লৈভনা কাংলৈজতবু য়াওখরে ।। ইয়োম ভুমন খমবালনা লৈবাককী মবেমমা ওইনা নিংথেমগী ওইদা কম-খরে ।। লৈমা নিংথেম খেললকলবদা কাংলৈজনা মুংভাইবগী লোইরে ।। নিংথৌ পানা পামবোমদা সনাকমদি মোয়ামবু য়াওখরে ।। পাঙল ইনখললকপা ওইবনা মৈহে মৈহে চোংনরে কাউনরে থীননরে ।। কাংলৈজ সিনবা অহনদি ইয়োম অমুবা য়াখরে ।। পানজম মথং মথং চননরকপনা পনজেল মাইকৈ ওননরে ।। কাংলৈজগী পনওম লাকপদা কাংলৈজ সিনবা অহননা কাংনরুম হুনগে হাইড়ুনা নিংথেম মাকতা চংলকপদা খমবাল কৌবী ইবেমমা চেংলৌ সককম থোংনা মাইখুমনরে ।। চরৈ কীখুমননা সমু মাইয়োক ওইডুমদা লৈখোকলে । X ।।

কাংলৈজ কুমমৈ মগুংদা কুমমৈম খোকলরে ।। ইয়োম অমুবনা নিংথেম সনা খুৎভগী কাংদরুম লোগে চংলকপবু লৈমরেল খমবাল কৌবীদ মাইখোং খেওমলাং সমুমুকনা

থাংজখ্রে ॥ মতম খোংবাই অদুদা সনাহনসাই মেরি'মবনা কাং-দক্লুম ওককে লাকপবু অডুক খোদোক তইরম্লে ॥ পলেম মমা থমবাজনা তৌরিবা মতৌদু উবদনা সনাহনদি চুংঙাইজরে ॥ চিংনবান থতমা থনদুনা পুকনিং সুংসি সুংঙজলে ॥ সনাহন হকথাং চনদে হাইদুনা কাংজৈপুংদগী খোকথরে ॥ মপ রি খোইচামবানা অনাসকলোইনা কাংজৈ সাননকমদগী খোকথরবদা কাংজেস্ন লোইসিলনসি হাইদুনা তোকলে হাইদবর ॥ X ॥

কাংজৈ কুমদৈ লোইসিললে মহৈ মহৈ হননখরে ॥ সনাহনদনা সদা সংগাইমুংদা চিকনা লোননা পলেম অপোকপী মমাবু তাইদুনা লৈথরে ॥ গুরুমচিংনা নিংথেম য়াওনা সনাহন নাকতা চংদুনা অহিংমা লৈনররকলে ॥ সনাহনদি মথং নোংমা ভাল-লকপদা মরোল মরোল থললকলে ॥ মাগী মনাকতা মীয়াম চংনা লৈরবদি মাগী নিংইনদু থুংঙমলোই হাইদুনা অনাবা করে হাইরুরে ॥ হৌগংতুনা মালং হকচিক লাংজরে । সনা-হনগী অনাবা করে হাইদুনা মহৈ মহৈ সুংঙাইনরে ॥ মতৌ অসুম লাংনম্নিঙৈ সমজাই কৌবদি সুংচামবা খোদোমবু খোক-লরে ॥ মাইতুমবী কৌবী নাইরেনবম চমুমদা মপারী সকথংদবা অমাবু পোকরে হাইনরে । লমরেল হয়িংখোং খোংবানদা ময়াংগী লমবোইবা মহ সমদি কৌবনা গরভা মরুবু পীবনি ॥ মহাসয় থিবা কংদনা লৈথরবদা মাইতুমবীবু মপাম মোইরাং লংদমদা থৈথদুনা থংখিবনি । মাইতুমবীনা মমিং মমাই

পাংলবগী মপান্ত্রী নৌমা পোকপগা লোইনবা লনকোনফুংদবু পুখংলে। স জাইদি মপুনসিগী সুপীমাবু থীদনা মপাক্ত্রীহুম কাপে হাইদবরা।X।

অচৌকপা মতম কাংলহুমা সমাহৈনস ইনা থমমান মাগী কাদা নোমনা থুপনা চ লকলে। থমবালনা সমাহৈনবু সুংঙাইথিরোই হাইহুনা মাইথোং থোইরুম মোমোন তৌনা মপান্ত্রীবু কৌবীরে। "নহাক্নৈনোং ইমানা কুমসিং চহি অহুম থাবৌথিবহু পোইদাম থাম্লিংথংদা কুমজা মসিং কম্বাবু হৌথরে। পলেম ওইবা নকাদা নচানা ফগাও সাজরি। কোরৌ নোংমাতবু পলেম মংগী মাইথেংমা অর বা সকফম থাদোকতনা লেববু মনমদৈবা থিবীক তাকপীনবা হায়জরে। পলেম ওইবী নহাকতি কংলৈপক অসিগী লৈমাদি। পাবুংনা নিংথৌ ওই ঙাপলিববু করিগী অবানা সকলোন পুরিবা। কনাগা লাকচা থুহুম চনখিবনা ইমানা অচুক হাকনা সুংঙাইজবনে" হাইনা হংজরে। "নপারিম্বু পাংগল চউজরে ইমাগী লপন সিংজগে যাথংবু পীবিরো। পলেম-ও নহ ল কোরৌমদা কাংজৈ কুমদৈ হুমিংতা কাংজৈ খোসিনবা ইরোম অমুবা অহনবু উরগা ইমানা চরৈ কোকথুমনা ইকাই লুরুকনববু নপারি ইদি চিংনরে। লৈপাককী মথেমমা অমনা মীতৈগী অহম অচনবা অমদা থোওং খোগলবু মতৌ অহুম উৎপীববু নপারি ইদি নিংজমদে"। সন হন যোরাইবনা মাহং অম্লুমনা তোইরকলবনা থমবালদি চিনবাদ থকথা কাজিনথরে।

অথংবা কমান্না মরমসিবু তাকপনো মরোং মরোং থমবোইমুংদা থমজরে। হাইদোকসি হাইঙমদা হাইদোকখুমগা করি থোক-লককনি থংদবনা থমবালদো অমাবা ইপাকতা তাওরকলে। সনাহনসাই মোরাম্বনা কোরৌ মথংমাদা মরম লৈবাখিবিকপু তাকপীয়ু হ'য়না হাইরমলবগা থুনা মাংনা থমবালগী কাদগী থোক থরে। থমবালসু অছুম তুমিননা লৈহৌরে।×।

কোরৌ মথংমাগী অহিং অথেংবদা থমবালনা মপারি ইবুংঙো সনাহনগী ব হং অছু হাইদোকলসিরা হাইদুনা মুংমুক মুংজানরা লৈরিঙেদা সনাহনমু অচৌকপা তানজা মেংনা কিরোনমুংদা থাংলেনমাবু লোইননা চংলকলে। মমানা মাইথোং মুংমুক মুংজানমনা লৈরমববু থেংনরুরে। "পলেম ইমা ইবেমমা ওসিগী কোরৌসিদা হৈমানা চরৈ থুপচানমনা থমবীবদো তাকপীরো। তাকপীরোইদবা লৈরবদি মপাদি ইদি মালেমসিদা হিংজবগী কানমদরে। পলেমগী লমম সিংলমদনা নচাদি থাংলেনগী মমাদা পুনসি পিথমনজরগে" হাইনা থাংসাং পুথোকবকপদা থমবালদো মিৎলুদা পিরাংচেননা মথোন থোকনা কপলকলে। থোংদা অছু উরদূনা লোননা অহিংগী অথেংবা তাংকমদা জননা চৌকপা মকমমদা চৎথরে হাইদবরা।×।

অচিকপা কা অমদা চরৈ থুপচানমনা নহালনখৈ থনজারবা মপারিগী মথুংতগী থাংলেনবু মুনজুনা লৈরমবা খিবীক কাংলকলে। থজিক কাংবা থৌরকপদা থমবাল কোবী ই'বম ... কতা

বাবথরে। সনাহনবা মমাবু কোনথংচম্না মমাগী খোঁগমবু তৌজরি। বাথম লংজিন কংলকলবদা থমবাদনা তপনা তপনা হায়রকলে। "পাম্নি ইবুংঙো হুংসিবা মাকোং অনিগুমা ভাহৈদে কনাদম্ব হায়দোককনো। পাম্নি নংবু পনহৌদি" হায়রমলগা লৈপাকতা হাইহৎলুনা তাথরে। সনাহনবা মিংথি থোইমা মমাবু হোৌপৎচরে। মমাগী মুবাই কোইরেমথকতা লাইজা ইসিংনা থিকচরে। অনুমনা তাইবাক হোৎনরবগা থমবাল বাথল কংলচুনা মপাম্নিবু য়েংনা হাইবীরে। "ইবুংঙো নংদি ইরোম মচা অসেংবনি। নংবু পোকপা পনখৌদি মপাবুংনি হাইরিবা পামহৈবা কোবা নিংথৌসিনা হাংথরবনি। নহালমোং নমা ইমা ইরোমদা লৈরি-হৈদা লোইদাম থাবুম মতামাবু পাম্নি নংবু পিবুকচুংদা মাও পুরিহৈদা সাগুম লমচং চৎলবা নিংথৌ মমাইসিংনা মপাবুংনি হাইরিবা পামহৈবা কোবসিগনা লাকয়ে। নংবু পোকপা পন-খৌনা লৈরিহৈদা থোকপনিনা নিংতাই সংদা ভোমরে। পাম্নি নংবু তাউংকা। ইরোম সাকৈ মৈতাল অম্নাবা। নংবু পোকপা পনখৌবু নিংথৌ সনাখুৎমকনা হাংথিবনি। সাকৈ পীবা অহমনি। সাকৈ অহুমবু পনখৌ য়াওনা হাৎতুনা তমই সকনা নমা ইবু সনাকোম্বুংদা নমতুনা পুইদো ইবুংঙো। নংবু পোকপা পনখৌদি সককম ইকাইঁ কাইদনা পাম্নি নংবু কাউরয়ে। পাম্নি নংমা চাউরকলবগা থমসুংগী সম্না চংহনথরবা পামমু সুংসি সেৎনা মৈ-চাকথরবা পনখৌদি নিংসি নিংসিং ইমানা র.জবনি। কোইরৌ

নোংমতবু পান্নি মংবু উনা লুংঙাইজববু ওমজদে"। রাহৈ মজেক ওইনা খজিক কাংলমলগা লৈমাইথকতা রানথখরে। মতম কুইনা লোইবা সিংজা অকংবগুম থমবাল রানথরুবদগী লৌসিং অমুক কংখিদরে। মতৌহুবু ভৌহিকলবদা সনাহনমা লাইজা ইসিংবা পালেমগী মুরাই ইরৈনা কামহুনা থৌগমজরবগী পাইবা বাথল ফংজরে হায়দবরা।×।

রানথরুবদগী থমবালমা তপনা মপারিবু য়েংলগা হায়রকই। "পারি ইবুংঙো থৌজিকতি ইমানা থাকপা লৈতনা হায়রবনি। পলেম নমা ঙমী ইখাদা মীতৈ সাকৈ মরিমগী খোইজিথা মিচুপ চেললবা ভুবলসিংবু পনথো মপাবুংনা তৌখিবগুম মথংলেন থমানসিংবু হাৎতুনা সনাকোম্বুংদা পুখিদো। মীতৈকী লৈমা তেরানা মপাবুংনি হ ইরিবা পামহৈবা নিংথৌগী থৌগমতবু তৌহললিবনি"। রাহৈ অমানি ঙাংনরগা লোইখিদরে। "মহাল=মোং নিংথৌগী পুকনিং ফানবা ইচেম সকপী অপামবীবু নিংথৌগী রারক পননা কননা থাজিনবীবদগী কনা লৈতা বারবদা গুরুগী মনাই অমনা ইতোপ ইরান পিরুরবদা মরাইপক থোরবা ইচেম অদো নিংথৌ কোনদা ওংলবগু অরামবম সাকৈগী মমা ওইনরে। লৈপাক মীপুম তিংনা অরামবম সাকৈ খোকথিববু বারিনরিদো। অছকপগী থৌদোকনি"। লৈজবা রারম থৈপীকপু কাংজরে।×।

চিংনরমথা পুমনমক অমৎতা কাইদা চুমম্‌লে। সনাহনসাই থোয়ামবনা পলেম অপোকপী থমবালদা লোননা চীকনবু হংজরে

" হমা ইরোম সংকৈনা সেংলবদি ইরোম ইপী সাকৈদি মকম কৈদবু লৈবগে। ইরোম সাকৈদি মীতৈ কংলৈপুংগী নিংথৌ ওইবা যাগদরা" হায়না সনাহনবা কুপথা কুপথা হংজরে " ইরোম সাকৈদি মীতৈগী মতাং য়েকপু ওইবনি। ইপুথৌ পাখংবগী চাদনি। পাখংবগী মচাদি নিংথৌ ওইখিবমকতনি। নপাংগল মরোসিং লৈরগা ইরোমমনা নিংথৌ ওইবদি অকাইববু লৈতে। কংলাগী সনা কময়বানদা নিংথৌনি হাইনবু লৈরিবা পামহৈবদি সাকৈ সলাই সেংদবনি। থুবাই কেককু অথোইবা মীতৈগী মাইচৌনা সৈসকন্নমবা বারোল মবু লৈম্নি। চৌংউবা ময়াথং চিংগোইবা ইপু খোংমাংথাবনা সৈরোননরিবা কনানস্থ কাউনদে। পাওনম হিতেন মপানতা ফৈতা হিতং মস্থুমাংতা তবেং সেমপুং য়েখিবা বাংদেন পুংচাও ফুখিবা তুপী লিকলাই মরুদি হৌখিতে সেমপী মুকাকলৈ মরুদি মহৌরে বারমসিবু লৈরিয়ে"।×।

সনাহনসাই খোয়ামবদি সৈরোল অসিবু নহালময়খৈ থংজদে। মপাবুংনি হাইরিবা পামহৈবদি সেম্বী মুকাকলৈ মরুনা হৌখিবনি হায়বসি হেক থংজরবদা সনাহনদি লেপপা উমখিদরে। মনা অচু চেং থৈবগুমনা থক থক লিকলকলে। মপাবুংবু হমুক থাখরে। মসুংচমবা বারোলসিং অসি থুপচামননা থমবাল কৌবিনা মপায়ি চাউদরি হাইদুনা নহালময়খৈ চেংনা থমলমবনি। থমবালনা চিংথবা থমদনা বারোল পুমবা হাইদোকলমলগা

সংগাইমু'দা চংখরে ; কোরৌ মোংজাসিদগী থম্বালনা অম্বাবা সকক্ম থাদোকপে সনাহন মোম্বামবদি চিংনকীগৈ সেংথুনা মুংঙাইবা মতোন লোমখরে। কোরৌ মথংগী মে.ংজাদা সনাহনন। ইরোম সাকৈ থিরুরে। পলেম মমা থম্বালগা লোইননা ইরোম অমুবগী মুমদা অহিং থেংনা থুংলুরে। " ইপল ইবুংঙো থোং হাংবীয়ু" হইনা থোমজেম নিকনা সনাহননা ইরোম অমুবগী থোংজিনদা দোং দোং থিলগুরে। " কনানো অহিংবী তাংলৌ অথেংবদা ইপল ইবুংঙো হাইববু লাম্বা কংদরে"। ইরোম অমুবা থোমজেম তুমখুল তমলমবদগী হৌগৎথুমা থোংজিন মাকৈ কাংলকলে হাইদরম্রা।"

ইরোম অমুবা অহনদি সনহনগা লৈপাককী মবেমমা ওইরিবী থম্বালগা সনাথোংলেংলকপবু উমবদা অঙকপনা থদ-লথুনা মকমথংদা লেপখরে। " অহিং অথেংবদা করি থোরম লৈরক্লুনা মমাসিজমা সনাহনগা লোইননা অমুবা ইগী লাইবা থাংপোকতা লেংবীরকপনো "। থম্বালনা কিজ কোমথুমনা থোংবী লৈমাই লৈহোৎনা মথোমজেম নিকনা " ননাই তোললবী থম্বালনি। লে ইনরকলিবা ইচাসিনা ননাই থাবুম মঙাবু পিবুকমুংদা নৌ পুজবনি। ঙসগী অহিং অসিদা মৌরা ইরো-মগী ইয়েব অসিনা পাম্বী পুবী থোংগুপ লিজরকপসে থৌজংম লমবী পিনবীয়ু" হাইনা থম্বালনা থোঙনা লাউনা কপতুনা অমুবগী মকমদা থুক্রুমজরে। অমুবা কৌবা অহনদি সনাহন মাবু

য়েংলগা মমাও চাউববু থঙমিং মিংসিংলকতুনা মোং থোংবগুম কপলে। য়ায়ম পূমবা লিবীরে। পাংগল থোকপা ঙমদনা সাকৈ পীবা অহুমমাবু হাংতুনা থোকখিবা পুমবা সমাহনবা লিবীথরে। ইরোম সাকৈগী পীবা মখৈ অহিংদুনা অমুবগী ইমুংদা লোমনা ত্তিগলে। সমাহম হাদি পনথৌ মপাবুংগী য়ারী ত রগা ও-থোংনা কপচরে। স কৈ পুমনমক লোইনা কপনরে। য়াসক চেৎপী থম্বালবু হনমা হনমা থাগৎলে।X।

অহিং অচুদা ইরোম অমুবগী যুমদা সাকৈ চাক থাংদুনা ইরোম সাকৈ য়াসকনরে। সমা কোমমুংদা লামতাসি তেম-সিংনরে। থমবালগী মরিমতা লোইনা মুনা য়াউথরে। পনথৌ মাবু পোকপা ইরোম চাওবগী লমনসিংবা ওইনা অহিংগী মতম লোইরোই তৌরকপদা সমাকোমুংদা লানতারে। অকমবা লালওং থোকথরে। কয়া কয়া খিনমরে য়ামমরে। মোংঙাল-লকপা অমুককী পুংফমদা সমাহমনা মাইপাকলে। পামহৈবা নিংথৌদি সমজাই থোইচামবগা গুরু সানতিদাস য়াওনা কোমথাদা লামজেললে। লৈপাক পুমনমক মিনমরকলে। ইরোমমা নিংথৌ ওইরবদি লৈপাককী মুংঙাইববু থোকলনি। সেমবী চানা কংলা ফমবাল কমলমবা লৈপাককী অয়াবা চেরোইননা মথক মথাবু ওনবনি।X।

কালেন থাগী ১০নি পানবা যুমসাকৈস.দা সমাহমনা মীতৈ কংলৈপাককী নিংথৌ ফমবাল কারে। মপানি হাইরিব পামহৈবা

গম্ভিরনিরাজবু কোনথাদা লৈবদি নকমদলি হায়দুনা অমুবম্ভ তামখোকলে। মতম খোংবাই অসিদা সনাহনবা নিংথৌ ওই-রবদা রাধানদি চৎপা মীসিংবু বাকোংবা হোরে। পামহৈবা নিংথৌদা লমবী কৈরেং তাকসিনবা মরাং গুরুগী মুরতিমাবু মখুৎ পুননা সান্নুনা থৌরানগী ১১নি পানবা থাংজা হুমিৎতা রামজিগী লাইসংদা থমজিললে। তুংলমচংকী লমবী শংনবা ওইনবু পামহৈবগী মুরতিমাম্ভ মাইথুকংনা সান্নুনা থমজিনখি।×।

হিয়াংগৈ থাগী ২৯নি পানবা ইরাইদা সনাহনবা পামহৈববু নাইসরগী লোইননা থাংগা চৌংদা তানখোকলে। থাংগা লম-দমদি মীতৌক মীরৈহৎসিংবু বারক চৈথেং লোইননা থাদোক-নঙ্গনে। পামহৈববু থাংগা চীথকতা কর্রি পামবৈ ফংদনা বানা থাংলে। থাংগাদা নিংথেমনা বারক চৈথেং ফংলবসিংদা রাধানদি থরথা লোনামুক লোইনগে তৌরববু তারঙুনা সনাহনবা পামহৈববু অরারোমদা তানখোকথরে হায়দবরা। পামহৈবনা অংলৈপাকতা তরা চাকপু চাদনা লাইজা ইসিংবু লেকতনা পুনসি লেনববু নাতারবদা সনাহনবা মখাও তে লেনতোমববু খোচৎহনলে। মীতৈ নিংথৌ পামহৈবদি অরা লৈপাক অচৌ-বগা য়েকনা সরৌ লোতুনীতা লৈরকপনি। অরানা য়াইবা থোরাই লোথিখোক নিংঙমহৌরোই কৌসনঙুনা মীতৈ ইরকতা লৈহনসি হাইরবগা তোলেনতোনবা অঙমবা খোংলোই পুদুনা খেংসাললে। তোলেনতোমবগা মপুংবুংগা হিতেন মতাকথা অমদা

ওকনয়ে হাইববরা ।X।

পামহৈবা নিংখোদি সমজ্বাইগা লোইনরকলে। তোমেন-তোমববু উবদা চেনখরে। কনামা নৈহোবা য়েংবদা লোকনুংদা সানথিদ'। গুরুদি চেনখবদা লৈরমববু মথুৎতা পাইবা খুজাই মুমহুমা খুজাইবা থাহুনা হাংতোকলে। অদু মোংগী লমলেল খুজাইলোক=ও তৌনা কৌয়ে হাইদববা।X।

তোমেনতোমবদি সানতিদ,স গোসাইনা মীতৈসিংগী মকমদা নৎতেবা ওইদবা লমচৎ চৎপবু মথৌরাই মুংঙাইতনা অঙাংগী নোরা ওইনা চৈ'রাইনৈয়ে। পনথৌ মপাবুংনা অরাবা লানফমদা নৈরিবসি মরাং মহাকথককৌনি। পুমনমক গুরু সানতিদাসকা থৌসিনদগীনি হায়বা খংলদুনা হাংতোকপনি। মথং অমদা মপাবুংবু থামগে তামনজবু হনবা নৈতনা নাচেললবদা কানম-র'রাই হাইতুনা লমলেল নিংথি খোংবানগী তোমফাং হিতেনদা তা'মা লংববু পাললে। ত'মা লেংদুনা নিংথেম পামহৈবা পুনসি পিথমমরে। মরামবুং ইবুংঙো সমজাই খুরাইরাকপগা ভাইহাক-মবু লাল সোকমবে। তোমেনতো'মবগী তাজিনমা হা'ইজিল-লকভুনা সমজাইদি ইঙাং পকতৈনা নিংথি খোংঙুংদা ভাথরে। অতৈ খোংলোই পুমনমক লোইনা হাংতো'কলে। তে'মেন-তোমবন মাগী মথৌ লোইরে হ'ইতুনা কংলৈপুংদা হললকলে। পলেম মমা লমবালমা নহাল তে'মেনমা খোরফলংদাইদা স'কৈ অনিগী য়েকনা তিংথংলৈতনা লমবী সেমজরকউ হাইববু নিংনিং-

ভরে । য়েকনা তিংখং লৈতরে হাইদুনা ময়ুমদা হললকলে হাইদবরা ।X।

পাংবৈবা নিংথৌনা নহালনোং মাংলমচেংডা লাইরেল ভুবী চরাইরোংববু খোমলেন ভুবখুন ভানলিবৈদা থাংলেন খুংগুনা খনখিবা লাইরেল মীনিংগুনা ।সিরমদাইদা পামবৈবা মঙোমদ হাইরমবা মংসু ইদৌনা খোকউ হাইবীখিবা অদু ওসি পামবৈবনা থংজখরে । পামহৈবনা লৈতরবদা কংলৈপাককী নিংথৌ ওইনা সনাহনসাই খোরামবনা ফমবাল কাদুনা কুমজা মরিমবু পাল ওমলে । ইরোম সাকৈগী ইসেংনা কংলা ফমবৈবনবদি মতম কুইনবু পালহলনিংয়ে হাইববু মমাংগী কুমডম লোইদবনা লৈপাককী অনিংবা মতেল কোমখিদে ।X।

তোলেনতোমবনা তোমফাং হিতেনদগী হললকলগা মমা-মবুদা বারোল পুমনমক লোইনা ভমথরে । অননৌসাইনা তোমফাং হিতেন ভামনা চেংখিদুনা পনথৌ মপাবুগী মথৌ মতম লোইনমকতা তেংকরে । সনাহনসাইনা মচিন মনাওসিংগা লোইননা সনা কোমদুংদা লৈরকলে । সনাহননা নিংথৌ হেক ওইখিবগা পনথৌ মাগী পামবৈবা হাকতকতা লিকখুন মুৎহল-মুরবা মীতৈগী লাই হরাওববু মৌনা অমুক হৌদোকলে । কংলা সনা মাইকোনমুংদা ইপুথৌ পাখংবগী মকাইকমদা কোইরৌ সুমিৎ তরেৎনিমবু হরাওজরে । নিংথৌ মাগী হাকতকতা মীতৈগী লাই হরাওবা খোরমবু মীতৈগী চৎনবী মওংদামুক

তৌহনলি। পামহৈবা হাকতকতদি লাইফম খুদিং হরাওববু নবতা নমথেকননা তোকল্লুরে। তোকলুবতা নৎতনা কনা লমদা লাই হরাওরমবা থোকলবদি অকনবা চৈরাক পীদুনা হাব্রকখি।X।

সনাকোননুংদা মীতৈগী অরীবা পুয়া লোইসং অমুক হননা লিংথংননবা হোৎনরে। পুয়া ইবা অহৈবসিংবু নৌমা অমুক সেমগৎতুনা মপুং ফাহনগে তৌববু লৈপাক অসি চাক তাংহে হাইদুনা লেপখিরে। ওললকপা কুমমদা থৌরং পাংথোককে হাইনবু লেপখি। মহালনোং লাইরেল গরিবনিৱাজনা গুরু সামন্তিদাসকা লৌতুনদুনা লিংথংখিবা হনুমান থাকুরগী মুরতিবু সনাহননা লৌথোককে হাইরবদা অনমত'সাইনচিংবা ভরৎসাই যাওনা থৌথামলে। মোংবাহনবা উমংলেনদা নিংথেম পাম-হৈবনা সেললোই লংমাইচিং চীংদগী য়োং মসিং চাবতাববু কাদুনা থমখিবা অদুবু মসিং য়াবনা য়াবথোকললকলে। য়োং-সিংনা চানিংঙাই লৈতদুনা কোইনা চাইনা চেননরে। অদু মোংগীবু য়োংনা লানদুনা চেনখিবা লমবীবু য়োংলাল লমবী-ও তৌনা কৌয়ে হাইদররা।X।

নিংথৌ সনাহনসাই মোরামবনা মোংবাহনবা উমংলেনদা ফুরা লাইসংসুংদা লৈরিবা হনুমান থাকুরগী মুরতি অসিগী মরি মথোং থিরকলে। লমলেল থোংনাং মরমদগী লাকপা বামোন মামেসজী অরিবমবু মরম থিবিক লিহললে। "হনুমানজী

অথোইবদি রামগী মনাই অথোইবনি। মপাংগলবু লৈজবনা মহাবলিবু কৌনবনি। মোংবাহনবা উমংলেনদা উমংলাই মাপল-মবু ইরাৎ থৌনি তৌনা লৈন্নুং চমহুনা লৈহললে। উমং লাইবু ভাইমনবা পমথো মপা পামহৈবনা গুরু সানতিদাস য়াওনা লৌতূমহুনা হনুমানবু মূরতি লাকনা থমখিবনি। হনুমান মপাকতি য়োংজাক মূরতি ওইবনা লোইমবা লংমাইচিং মরুপলেনদগী য়োংসিং চামহাদংবু কারুহুনা থমখিবনি। মহাবালি হনুমাননা লৈখি হাইবগী মেংবাহনবা উমংলেনবু মহাবালি উমং হাইনা কোলোইতবু গুরুনা থোনজিনখি। য়োংবু খুরুমনবদি তিনচু লাইচুনরে। কনামত্তু খুরুমনদরে। মতৌ অদু উবদা সান-তিদাসনা পামহৈবদা ইনাসমহুনা হনুমানদি য়োংমক নংতেয়ে। য়োংগী বাখোন অসেংবনি অদু নোংগীবু হনুমান থাকুর "তৌনা কৌরে"। বাখোন অসি তাবদা নিংথৌ সনাহনসাইনা হনু-মানগী মুরতিবু খমলগনা হাইরবু অমমতাসাই মনাওনা লোনজা পুরুমলে। লৈপাক খুরাইগী মকমদা মহাবালি খুরুমবদি তৌইজদে হাইনবু থংহললে। মহাবালি খুরুমনজরবদা মোংবাহনবা উমং-লেনগী মথাই সুমতোংপাল উপিনপুংদা অসোম অনা মখৈনা মাংলমচৎকী মতৌগুম পুরুগনরে। অদু নোংমগী অসোম অনা মখৈবু তৌনকোক লাইকোকনরে হাইদবরা ×।

লাইরেল নিংথৌ সনাহন মসনো অমমতাস,ইনা পমথো মপা পামহৈবগী মতৌ অমনা বাখোন থমগা লোইননা মহাবালিবু

খাগৎলে হাইবগী হংথি সোনাই নংমা য়েথীরে। মীতৈগী ইপা ইপুনা লাইনিং খুরুম তৌনরকপা মোংবা মকাইকাদা উসিমপুংবু লৈপাক ছৌনা পুক্রমনরে। ফুরা লাইসংমুংদা হনুমানবু খুরুমবদি অরা অনং ফংবনে তৌনচু লাইচুমবনে হাইনা লৈপাক ছৌনা অমুক নিংসিংনরে। অননতাসাই লাইরেল মনাও অসিদি মীতিক মীয়ৌ থাজবনা নিংখৌ সেপাদা নপচরে। কননা নপচবনা হনুমান থাকুরগী মুরতিবু পনখৌ মপা পামহৈবমকনি হাইজদুনা খোগল মরম তৌজরে। অননতা সাই হনুমান মুরতিবু মসক সেমলে। পামহৈবা সকতম মাননা সেমদোকতুনা থমলে। লৈপাকনা অননতা সাই মতাংপু উখিদে হাইদবরা। মতুঙ্গ মদোমদে। X।

নিংখৌ পামহৈবগী মতমদা সেলোই লমজাও লমমাংদোংবু পনখৌ অপোকপা শ্রীবিসনু গোসাঁমি অথোইবগী সকখোংমকমনি হাইবগী লংলেল বীসনুপুর কৌনা মিংচৎনখিবু সনাহনা করি নৈবা থিরকলে। সেললোই চীংথকতা শ্রীবিসনু গোসাঁমি অথোই-বনা ইসসোর মুরত্তিংবু লাংলমলে। বিসনু গোসাঁমিনা লাংলমবা লাইনি হাইদুনা ইসসোর লাইগী মমিংবু শ্রীবিসনু কৌনরে। মীতৈগী লাইবুসানা মুরতি মাইনা সনা কাকোকমদা থৈরমববু মাংহনলে। পামহৈবনা সারমবা লাইসংবু উরগা সনাহনদি অসাও মৈচুনরে। মীতৈগী অরিবা মরমবু থুগাইমনবা লাইসং ফুরা সারমবনি হাইবগীবু সনাহনবা অসাও মৈচুনবনে। বিসনুগী

সক্তমনি হাইদুনা মুংবী মুংচেংমবু কাকোকমুংদা লৈরমবা লোইনা তুমনা মাংহললে। ফুরা লাইসং থুগাইলে তোববু অমনতা সাইনে ভরৎসাই সংতরুঘন সাই মাওনা থোখামলে। অমনতা সাইদি থাম্রো কাংদরুম ওননবু কপচরে। নিংথৌ ময়াথং লৌনা লৈ-পাককী অওমবা চোননা তীললবদা অঙৌ হনজবা অয়েকপনা থংহললে। "ও'স কোবা নোংদম্বী হয়েং ভুংলমচংকী বানে পাম-হৈবা নিংথৌনা পমথৌ মাবু পোকপীবা বিসম্ভু গোসাঈবু কাওজ-দনবা গুরু সানতিদাসকা লৌতুনদুনা সারমবা ফুরা অসি নিংথৌ কনা হাকতক সেমক্রোইয়ে। কনা থোরোই উ'সংতদুনা ফুরা মবু সেমলবদি পুনসি মথেং তগনিয়ে'। ফুরা মহ,কতি অহু নোংপৌবু থৌসি থোসেম লৈতন, সেললোই চৌংচেপতা লৈখি। পামহৈবা পোকপা শ্রীবিসম্ভু গোস্বামী অথোইবদি লমলেল লমাং-দোংগী লমদমসিদা অহুইও মাতরিংতনে হাইবগী লমলেল বিসম্ভু-পুর ও তৌনা কৌয়ে হাইদবরা ×।

সনাহনসাই মোরামবনা মীতৈগী উমংলাইগী ল ইবুং খুদিংদা চংতুনা নিংথৌ মমাসিজসিং পূহুনা পুরুম থৌনি তৌজরে। উমংলাইগী হয়াওবা থোরমদা মীতৈগী হোনা লোনচৎ কাইকরোই হাইনা সনা মাথং তৌখীরে। রাম নদি থওমমদা নোংথরং ঐরুপতুনা বাসকথরবসিংনা উমংলাই হয়াওবদা চংলবদি হাইজহুনা চংগনি লমকেৎ লমহাইরবদি তেকসিন হমাজমনাস হ,ইনমুক বাতেমন-রে। মীতৈগী অরিবা থোরমদা হনম,মুকতা পুরককে থক্ষবু

মহাক্লমোং লাইরেল তুবা চরাইরোংবা নাইওইবা পাম্বৈবা মকম ল'মদা গুরু ওইনা সৈসকনবা নোংসাবৈদি অথোইবশি মমোম চম্মুনা অমত্তা তানো পোকচবা শ্রীঅননতা সাই নোংপোক লৈরিখোয়বনা পনসারে হায়দবরা। X।

নোংসাবৈ অথোইবদি হাওবম সাগোল মকোকশা সিনবীহুনা মৈতৈগী সাকৈ লেংদা তিনবীখি। সাকৈতুনী মিংলেননা লাইরিকয়েংবম অশুমনব্ৰু খংনখি। লাইরিকয়েংবম চম্মুদি শুদরুমকনি ইনথোকনবব্ৰু পাম্বৈবা সনা পুকনিং থোকদারে লোননা থুপনা লৌথরে; শুদরু মিংতোননি হাইহুনা লৈমসিংনা ইনথোকনা হাওবম সেলুংবশীদা থমলে। মিংথেয় পাম্বৈবদি লৈমসিং য়ামখিবনা লাইরিকয়েংবম চম্মুব্ৰু হয়া য়েংখিদরে। নোংসাবৈ কৌবদি অথোইবা পুকনিং মুংসি মুংওললে। হাওবম সেলুংবা মতেং ওইনগে থনদুনা অহিং মুংখিলমদা য়া তাননরে। হাওবম সেলুংবা অহনদি ময়াতব্ৰু লৌবিদে। সেললুংবা অঙকপা মতৌ ওইরে। লাইরিকয়েংবম চনুসি সেলুংবা য়াবু থনবদা থোইতি মিহুল লাংথরে। য়াঙবা তা'য়ে হাইতুনা সাম্বজাই পোকপী মমামা সেলুংবা মাগী মচানুপীদা খুজিন থৌয়াং অমব্ৰু তৌজরে। সেলুংবা কৌবা অহলদি অহিং নোংখিল অনিমদা চাকয় থককম খংখিদরে। "লাইরিকয়েংবম চম্মু ইবেমমা সেলুংবা মাগী নাকতগী লেংঙ'য়োই হাইনবু লেপচরে। X।

লোইদাম থাজনিমমু লাকয়েমফিয়াননা লাইরিকয়েংবম চম্মু

ইথেমমাদি সেলুংবা মাবু সেলুংবা কৌবা অহনবা মুংসি চানবা থেমজতুনা লাইরিকয়েংবম চম্বু সনা কোনমুংদা থিন-জিললে। সামজাই পোকপী মমানা কিয়োমমুংদা থমথরে। থৌওং মতৌ অসিবু পামহৈবা সনা নাকোং তারববু গুরু সান্তি-দাসনা থৌথাম্বীরে। ইরোম তুমন থমবালনা ফমবাল কারক-থৈজে। সনাহনগা লোইদাম থাজ অচুমমবু খললাবগা অনন্তা সাইবু লাইরিকয়েংবম চম্বুনা পোকপনে। নিংথৌ সনাহনগা চহি মানবৈ হাইজুনা নোংপোক লৈরিথোমবা ফমবু পিবীখি। অনন্তা সাইবু লাইরিকয়েংবম চম্বুনা পোকই হাইবগীবু সনা কোনমুংদা থমুক থমুক তৌনরে। মপাবুং ইবুংঙো পামহৈবগী সারাধা করম-মানচিংবদি অনন্তা সাইনা মথৌ লোইনা লেপনা পাংথোকচখি। সনাহনন। অনন্তা সাইবু লৈপাককী অকুপপা থৌরমদা হিংয়েং চংহললে। সনাহন মাগী মতমদা মচা মনাওসিং অয়ামবস্তুং থৌদা থৌরোই লোইনা সেমলে। X।

সনাহনসাই থোরামবমা মনাও ইবুংঙো ভর সাই কৌববু পাচ লোইসং পুহকলে। মনাও অতোনবা তোংলেনতোমববু মথোং মাংই হাইজুনা উরুং পুরেনগী ফমবু লানথোকলে। পাচ লোইসং পুই হাইবনগী পাচমনবম সাকৈ থোকলে। উরুংগী থবক থৌরমদা থৌমোইনৈ হাইবগা উরুংপুরেনময়ুম সাকৈ থোকখিরে। নোংপোক লৈরিথোমবা অনন্তা সাই মনতম্রি ফমবু পুবনা মনতম্রিময়ুম সাকৈ ওইজরে। পলেম মমা মুংসিবী

চিংঙাখৈম নিংঙোমনা হাইজবদগী পলেমগী মচা মথৈবু লৌ ইং-খোলগী খোয়ম য়েংবললে। অদু নোংগীবু লৌরুংপুরেল ময়ুম সাকৈ থোকলরে। অমনতাসাই মমতরিদি সনাহমগা চদি লোনকা মানবনি হাইবগীবু লৈঙাকপগী খোবু মরক মরক পুহমবনে। নিংথৌ মহুংসিম লৌসিল পুখিশৈদা মিংলেন অথোইবা নেংপোক লৈরিখোমব-ও তৌনা কোংলোইরে হাইদবরা।×।

অমনতাসাই কোবা মনাওদি মরৌসিং মপাংগল লৈজবনে নিংথৌ মাকতা সারোইনা পূকচেল খোইবা লমচৎপু হুরান লাননা তৌরকলে। অমমতাসাইনা মনাও ইবুংঙো ভরৎসাইদা হাইজিন খোৎচিন তৌখীরে। "য়ামবুং নিংথৌনা পাবুং পামহৈববু লাংপদি অচুমবা খোয়ম নংতেরে। কমি থঙজা নংতবা তেংলেনজোমবু ইমসিকদুনা হাংহনবনে" হাইনা মা ভাননরবদা ভরৎসাইনা তকসি সোনাই থললকলে। অমনতাসাই হাইবা অসিদি পাম-হৈবগী অসেংবা ই নংভবনা মমাংগী লমচৎপু হৈমরে। মোংস মৈ কোবা সুদরুগী মানুপীমকনা পোকপা ওইবনা মরৌসিংতবু হৈজরে। হাওবম সেলজুংবা অহমদি সুংসি মিৎয়েং থাদুনা মকুতবু হুনখিবনা অমমতাসাই ওইনা পাম্হৈবা কোনদা সাংখিবা অঙক-পবু ওইনখি। অমনতাসাইনা লৌসিংদা লিথুপ কিরৌ হেমনা-মকতবু লৈজবনি। পাংগনদা মথৌমদদি মমাও থৈপিকভগী মসোলদে। পাংগল সোনবা ওইবনা কমাগন্ড মাইয়োক য়ানা থংনজদে। ফংতবা মরম লাকপদা ফংতবা লৌসিং থোকপদা

অনমতাস ই যিংথোইরে। মাবু পোকপা সেনলুংবগী কংতবা লৌসিংদি লোইনমকতবু লৌজখি হাইদবরা।X।

হাওবম সেললুংবা অহনদি য়ুমনাক সাকৈ লৌনবু ওললকপদা চাইবনি। তুমী চয়াইরোংবা মহাকর্থক হাওবম সাকৈ ওইজখি। হাওবম লোইসং পানববা হাওবম সাকৈ চাইওইমবগী হাওবা মাগী কোলে ই লৌতুনা হাওবম সাকৈ ওইজখি। নহালমোং মকেং থাংপাল খুনদগী পুরকখিবা হাওবা অচাংবা সেনলুংবগী মচা ওইনা লৈখিবনি। হাওবম সাকৈ অসিদি তুমী চয়াইরোংবা মহাকথকতা থোকচখি। সেললুংবা মাগী মচাবু পামহৈবনা ইনথোকতুনা লৈহনখিবা মতমতুগী মমাংদা অনমতাসাই পোকপী মমাম্ম নিংথেম নাকতা য়োজখি। হাওবম সেনলুংবগী মরু চুনথরবী লাইরিকয়েংবম চনু অচুবু সেনলুংবগী মচা নুপীন লোননা থুপনা তৌতুনা পামহৈবা মনাক য়োবসি পামহৈবা মখোয়াই যুংডাইখিদে। পামহৈবা নিংথৌনা অপামবীবু ইনথোকপদি হাওবম ইগী মরু মপাল সাংলিবী লাইরিকয়েংবম চনুবু লোননা লৌসিনলুবগী ইনথোকপবু থোকখিবনি। মচোনদগী অরামবম সাকৈ থোকখিবনি হাইদবরা। মচুম্ম মদোমতে।X।

সনাহনসাই নিংথৌনা পলেম অপোকপীদি থমবালবু লাথুপকী মরম থৈগীকপু লিহললি। থমবালনা মথং মথং লিরকপদা সনাহনসাইদি পুঙক ভকলে। হাইকম নকম থংলকতরে। নোংমা কোইরৌ সুমিংতা সনাহনদা পলেম মমা থমবালনা নিংজবগী

অৱোইবা থংহনলে। "মীতৈ লোনচৎ লমদাংবু নিংথেৎ পাম্বৈহৈবনা ময়ক মথা ওনথদি করি থোরম তৌরগা অৱাবা তাংথকসিদগী কোকণ্ডমগনে," হাইনা হংজরে। "পারি ইবুংঙো মুংসিবা মীতৈগী অরিবা লমচৎপু লমদাং থক্তিক কাইকরোই"। মচিন মনাওসিং পুম্নমককী মুংঙাই লমবী ওইনমবা সনাহনবু অৱোনবা লমবী তাকপীরে। "মরামবুং ইঙো লামজাইবু নিংসিংদুনা মনাও সাবা মথৈনা পুম্বনা হৌনা য়েকনরবনি" হাইবসি তাকপিরে। "মহান-লোং লমলেল হরিংথোং মপান্দা মহাসোই কৌবা মরাং মহাসোই-মনা তাইব' মরু হনখিবা মাইরেনথম নিংঙোল মাইতুমবীনা পোকখিবা অঙাংদু থিরুরে। মাইতুমবী কৌবী মচেমদু মপাম লমদম মোইরাংদা লৈথরবনি মহাসোইনা পোকলমবা মচাদু থিদুনা হাংলুরো"। অসি রাবু তাকপীরবদা সনাহননা মমাদা করি মরম লৈবনো হংজরে হাইনচরা : X।

সনাহনসু ই মরম হংজরকপনা থমবলনা অখুপপা কৌবা থমলরে। "পারি ইবুংঙো মুংসিবা মমা ইদি কোরৌ নোংমতংবু হিদি নে'কণ্ডমদে। য়েংউ ইবুংঙো মহালনোং মমা ইনা থাংজম সাকৈ ইপামদগী ইরোমদা অওং অউগতনমা লুহোংলেদো। ইরোমদা লোইদাম থাসিং তরাবু লৈখিবনা পনথৌ নংবু পোক-পদুনা মম ইগী খোইজিথাদা লোইদাম থাসিং মতাংগী মায়োল মীতমবু হনবীরমলে। কংলৈপাককী লৈমরেল ওইরবীনি হাইদুনা —'সনাবেমবী থোরকলো নহুম পোনদে সাবীগে লাইনি খুবাক

খুবাগে' - মতৌম্বু তৌজুনা সনাগী পোমবীচাঙশংনা চয়েনা য়োমনা থমবীরে। ইমানা পাম্রি নংবু ই মতুংঙগী নাওকোল-লকপনা পনখো নপাবুং ইরোম চাওবগী মংসকতি পাম্রি নংমা তানজরে। নৈপাককী নৈমা ওইরিবী থমবাক ইদি পুনসদা ইচানুপা পোকচবগী ইলিং থুংলবনি। পমেম খুঙ্ম্রি কংলৈ-পাককী লৈমরেনদি ময়াং গুরু সানতিদাস চা-ইউনা হয়ও মিনোকনৈদো"। নিংথৌগী মমা ইবেমমা থম্বালমা মমিৎতা মিৎলু পিরাং সিনদুনা মপারীবু কৌজুনা হাইবীরে। "মকাসোইনা পোকলমবা মাইতুমবীগী অঙাংদো তাইবং অসদা থম্বা-লবদি লৈপাক অসি মাঙলগনি। মহাক অচু অচম্বা অঙাং নং তৌ য়। পামহৈবা নিংথেমগী সারঙাই মুংচাংবনা মচানি ককনা কৌখিবনা অঙাংনা কাইদেং ফারকলবাদ মপাসকনা লুমন থুংপে তৌরনি। মবাসিনা লাইপক কাখিজুনা কংলৈপাকতা পাম্রবদি ইতৈগী মরু তকলাম। মীতৈ পুখবা অস্নুক তৌপংপা ওংলরেকই। হৌ-জিকসক চংতুনা থিজুনা লেইখোকলো। থোদাং অসিবু পাং-খোকতরবাদ ইমা ইচানা পানবগী কম্ভিপু কাননবা ওইররোই। নহালংনাং নৌবাসিনা পোকখৈদা নিংথেম পামহৈবগা গুরু সানতিদাসকা লোমনা হাইনাথবা থমবাল ইহাক তাহৌই। মখোয়না ওাংনখিবাদ হনদককী মপোকতা গুরুগী থরমমা মহৈ রানদরবস্ত মহাসে ইগী মচা সামজাইনা লৌহৌবা নৌরাসিগী মহাকথকতদি লেপনা থরমমা মপুং ফারানি। নোঙ অঙাং অসিদি

চেকসমনা থমসি” হাইনখি হাইদবরা। X।

মিংথৌ পোকপী থমবালনা মায়ম অসি তাকপীরবদা অমুক থিনখদরে। সনাহনবা মোইরাংদা চৎখরে। মাইরেমবম সাকৈদা চিংডুনা মচানি সাসিনরুনা নৌবা খোংজুম লিরুববু লৈরমদরে। অমাং মাগী মমাগা পোকমিননবা খেলৈসুরা কৌবগা লোইনবা চেংপে চীংদা কাডুনা ভাবুগুংদ থুপচাংখরে। সনাহনবা কে ইনা কাং কনা হুমনা থিববু লোইখিনবা মরেমখরে। সনাহনবা মচাসোইগী মচংবু থিবা চৎখিরৈহেদা হাওবম সগোল মকোকনা লোমনা মরু হুনখিব লোংসাইগী মচ মুপীগী অমাতা পোকচবা অনমতা-সাইনা থোওংবাবু তৌরে। মপাংগলদি লৈতবনা সনাহনগা পোকামনবা তোলেনতোমবু মপা তিননদবনা নিংথৌনা চানদে হাইনা ইনসিনলে। তোলেন তোমবা সাওহনলে। ভরৎসাই কৌবা মরামবুংনে অননভাসাই মাওনা সরৌ তৌরে। থমবালবু হাৎননবা লাইরিকয়েংবম চমুনে। চিংভাখম চমুনে। মোই-রাংথেম চমুনে। ভাংবম চমুনে লেপনরে। থমবাল মাবু হাৎ-হৌদুরবদি হায়েং ভুংলমচৎতা সাকে পুখোং সেংদবী মখোইগী মরুমথৈ তুমলাক। ভাংবম চমুনা পোকখিবা ভরৎসাই কৌবনা থাংলেন পাইডুনা থমবালবু হাৎকে তৌবদ। তোলেনতোমবগা থেংনরে। তোলেন তোমবং মাবু পোকপী থমবালদি লানদে হাইবা উরকতুনা মমাবু কনগে হাইজরে অননহাসাইনা তো-লেনতোমববু লোমন। ভানা হুমবদা পালতোদরে। মরম অসিদ

গী মহৈ মহৈ য়েনমে। অকনবা লানবু সোকনরে। থমবালনা তানজাসিনকতদা লৈথোকতুনা চেনখরে। মাবু কাগে তাললকপী তুমনসিংবু নোংসা অথোমগী পাংথক ওইনা থাংনা লোইনা য়াললমলে। থমবালনা ইতাং পাকতৈনা হুপা কিজেৎ সকলোৎনা সনাকৈথেলদা মপায়ী সনাহনগা সমু মাইওকনরে। কংলা সনা কোন্থুংদদি তেংলেন তোমবনা ময়ামবুংসিংবু থাংনা লোইনা খললে। ময়ামবুং মখৈদি কনি তোঙবদা লৈরবদা তোলেনতোমবনা য়ামবুংথোইগী মকমদা লানখিবা থিবীক তাকপীয়ু হাইনা খুকউ লৈতানা খুরুমজরে। পলেম মনা থমবালবু কদাই লমদা চেনখরবগে হাইদুনা লাইরিকয়েংবম চনুদা খুরুমজরিঙৈ ভয়ৎসাই। অমনতাসাই অনিচংনা তোলেনতোমববু কাখরে। মখুং তুংবুনমদুনা চৈরাকসংদা সিননরে হাইদবরা।X।

সনাহনসাইনা কংলাগী সনাখোংপমবাল লানসিননা তকসিনখরে। পলেম মনা থমবালনা হাউরৈ নোংচুপ পাংনা অয়াবা সকথম চেনখরে। সনাহননা কংলাগী চৈরাকসং মৌনা চংসিললমববু মনাও তেংলেনতোমবগা উননবা ফংলমদনা ময়াই লৈরকলে হাইদবরা। মদুসু মতোমদে।X।

সনাহনস ই থোরামবনা খোংনৈ থুনা তৌদুনা পলেম মমা থমবালগা সনা কৈথেলগী নোংচুপতা থেংনদুনা মথং মথং চৎথখিবনা লোইবী চীংখোংমাবু য়োংখরে। চীংখোংদা লোৎনা লৈবনা কোম্থু চীংজাও কাখরে। সনাহননা লোৎখিবা লোকলেন তোক-

চাওবু অঙ্গনোংগী সনাহন লোকচাও কোলোইবি। সনাহননা মৌত্তে অরিবা লোমচৎ পুমনমক পাংখোককে তেমসিংলমবা চাউব মাগী নোংদহন। লমলেন লোইবী লোকপুংদা মাথন লংজিন থুপনবু লৈথি হাইদবর ।×।

কোলোই মিংলেম লোমচৎনবা তুবী মিংথেম পামহৈবগী ল রৈ লাথুপ অসিবু চীংঙ ইয়ামবা খোংনাংথাবগী খোইয়া তুংইননবু নদাইরেম অঙোমচাদি চাউবনা অমতা থাকতা ইজবনে। হয়েং তুংলমমাদা মতমনা খোংবহৈ লাকলবগা সৈরেং সৈখন খাইনবু ইজবককে হাইদবর। মহুম মঙোংদে।×।।

লোইরবা